# কাঁউব গী পেদ্রেং



ইবা

শ্রীলাইশ্রম ইবোহলংমচা সিংহ

## বাহৈ খরদং

কীর্ত্তন শৈরেং কৌবা লাইব্রিক অসিগী মরমদা মণিপুর ষ্টেট একাডেমিগী সেক্রেটরি অমসুং বোর্ড মেম্বর ওঝাশিং অমদি বিভাগনা মুংশিবিহুনা লাইব্রিক অসি কোকনবগী মতেং না লুপা ৮০০ পিবীবগীদমক তোল্লবা ননাই ঐনা হন্না হন্না চরী। ননাই ঐনা লায়রজবা মরমদগী কোঙবা ওমজদববু ওবা ওমহনবিবগীদমক্তা তোল্লবা ননাই ঐনা শিংবা ওয়রোইদবা ন তোনশিনবগী নীংওমজদবা থম্মোয়না হন্না হন্না ধন্যবাদ জরী।

হৌজিক লৈবিরীবা ওঝাশিং অমসুং ইয়াম্বা ইনাও মরূপ াং পূন্নমকী মকমদা হন্না হন্না থুরুমজরী মরমদি লাইব্রিক সিগী মরমদা চিংনবীবা লৈতনা পুক্লিংদা হরাউ তন্নাবগা লোয়-না লাইব্রিক অসি লৌবিহুনা শকপীবা, শোনবিবগীদমক তোল্লবা াই ঐনা হন্না হন্না থাগচ্চবগা লোয়ননা ওক্তা ফি য়েৎলগা । নাপি চিক্নুনা চৈশু তাবগী মতৌওম হন্না হন্না থুরুমজরী।

অইবা
শ্রীলাইশ্রম ইবোহলমচা সিংহ

| হিরম | লামাই |
| --- | --- |

---

# কচ্চবা

কচ্চরী চরণদা ইবুংঙো রাসেশ্বরী মবুংঙো
তোল্লবগী মবুংঙো ॥

অশোই রাহৈ ঙাক্তনী অরান ময়েক ঙাক্তনী
দোষ পুম্বা ঙাকপিনী ॥

থমোইতনা পামজনা ইজরীগে ননাইনা
করিমত্ত হৈতনা ॥

থংদনস্থু অথংশা হৈতনস্থু অহৈশা
রামোবীরোই থঞবশা ॥

ননী ঙম্মা থোচ্চবা থম্বাল ঙম্মা ফজবা
বৈষ্ণবকী মরল ওইজবা ॥

নখোং থম্বাল অনীদা থমোই শেংনা কচ্চৈদা ॥
কল্পনা পাঙ্গল ওইজৈদা ॥

লৈরাং লৈথন শুজদে ফজ রাহৈ হৈজদে
শৈরেং শৈশক ফজদে ।

রসা রসি থংজদে স্বর ব্যঞ্জণ থংজদে
অক্রম অয়াং থংজদে ॥

অরানবা ময়েক্কা পদ ওই শুদবা পদনা ঈশৈ ওই
দোষ পুম্বা ঙাকপীগদবা ওই ॥

ননাইগী ননাই ওইবীয়ু    তাওলবা প্রেমদো পিবীয়ু
মুংশি হৈবতনা পেনবীয়ু ॥

শকচবতা কংজগে    শোজবতা ওমজগে
লীলা খুদিং য়াউজগে

ভক্তীন' মাসন ওইজৈয়ে    প্রেমগা চন্দন ওইজৈয়ে
শোনরতনা কৌজৈয়ে ॥

পেনবীয়ুকো ননাইবু    পিবীয়ুকো চরণবু
শোজগেকো নগুণবু

বৃন্দাবন্দা তাম্থোইরে    লীলা খুদিং শামরে
মণিপুরগী নিংথৌ ওইবীরে ॥

ইবুংঙো নংবু নীংজৈয়ে    শ্রীচরণবু পামজৈয়ে
নগুণতদু শোজৈয়ে ॥

ইপাপ পুন্না কোকপীয়ু    সংসারদগী লানবীয়ু
চরণ থম্বাল পিবীয়ু ॥

কংজগেকো বৃন্দাবন    উজগেকো গোবর্দ্ধন
লৈজগেকো কুঞ্জবন ॥

ননাইগী ননাই ওইজগে    থৌপলন্তদি য়াউজগে
শ্রীচরণত কংজগে ॥

( খুরুমজবা )

মৈতৈ লৈমা ইমানী    মণিপুর হায়না কাউবিনী
ভারত মাতাগী মরূপনী    নচানা খুরুমজৈ পলেমও

চিংলোন মাপন্না কোয়বিনী
নতিক নগুণ চাউবিনী
শ্রীগোবিন্দগী ঙাম্বকপ্পী
নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

নচা নাওয়োক কবিনী      সুংশি হৈবী খযোইনী
ঈংবনা নহৌশা ওইবিনী      নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

মণিনা ফিজম ওইবিনী
সনানা মযুং কাবিনী
মুপানা মফেল ওইবিনী
নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

খাগ ষাংগ শা'বিনী      নোংপোক নো'চুপ ভেনবিনী
নিংথৌয়েনবু পোকপিনী      নচানা খুরুমজৈ পলেমও ॥

লৌশিং চাউবী ইমানী
থাউমৈ ওইনা ঙানবিনী
ইকাইখিবী ইমানী
নচানা খুমরুজৈ পলেমও ॥

মণিপুর ইমা লৈবাক অসিদা লৈবিরীবা ওঝাশিং পুন্নমক্কী চরণদা ভোল্লবা ননাইনা খুরুমজৈ ॥ মরমদি ভোল্লবা ননাই ঐনদি হৈবস্স হৈজদনা খংবস্সু খংজদনা কাজবা ঈশৈ খরদং ননাইনা ইজবনী ॥ মসিদা পদগী মশিং অরাংপা ইগদবা ময়েক শোয়নবা পদগী ছন্দ শোয়নবা পুন্নমক অসি ওঝাশিং পুন্নমক্না

দোয পুম্বা ঙাকপীদুনা অয়ানবা পুম্বা চুমথোকপীয়কপদা ননাইগী লাইবক ফবনী। ইজয়ীবা মওংদি ওঝাশিং লাইগুরুশিংনা থম্বিয়ম্বা ময়েক ছন্দনা মুত্তি ওইজরগা গুরুগী কৃপাদগী ননাইনা থনবদা থোকচবা ময়েক থয়না থোৌগনগী মশক ওইনা ইজবনী। ভোইগুম্বস্থং থায়নদগী লৈনয়ীবা লাইরিক থুদিংমক্তি পদগী মশিংনা অধ্যায় ওইবনী ননাইগীদি পদগী মশিংদা অধ্যায় ওইজদে রস রসগী মতাং মতাং অদুনা অধ্যায়গী মওং ওইজবনী। ময়ম অদুনা ননাইগী অসিদি হৈজ শিংজদুনা ইজবা নচ্চ:দ ফাজবা থয়দং ইজবনী অশোয় অঙাম পুম্নমক ঙাকপীয়ু হায়না ননাইনা ঙক্তো ফি য়েচ্ছদুনা চৈশু তাবগী মতৌগুম্না ( ১০৮ ) লক হয়। হম্না দগুবৎ কচ্ছরী।

---

# কীর্ত্তনগী শৈরেং

## গুরু বন্দনা

বন্দে গুরুমীশভক্তা নীশমীশাবতারকান
তৎপ্রকাশাংচ্ছ তচ্ছক্তি কৃষ্ণচৈতন্য সংজ্ঞকম ॥

(গুরু খুরুমজবা)

শ্রীগুরুদেবগী মখোং থম্বাল অনীমক্তা তোল্লবা ননাইনা হয়া হয়া খুরুমজৈ। সংসারগী অমম্বা সমদ্রুন্দা তাদুনা অান মাঙনা লৈরবা জীবশিংগী থমোইদা জ্ঞানগী থাউমৈ ওইনা ঙানবিরীবা অহুঙম্বা শ্রীগুরুদেবগী মখোং থম্বান্দা ননাইনা হয়া হয়া খুরুমজৈ ॥

( গৌরবট )

জয়শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরকিশোর শ্রীরাধাভাব কান্তিধর।

হরিসঙ্কীর্ত্তন বিহার। ভগত চতুরগণ প্রেমরস আস্বাদনে ভাবল সুখময়পুন। জয়জয় গৌরচন্দ্র করুনা সাগর হা সচী নন্দন। প্রেমসিন্ধু অবতার আনন্দকন্দ।

( মাল্লনা শক্তদবা )

খুরুমজৈ কৃষ্ণচৈতন্য কোজরাকো শ্রীরাধিকাগী মবুংঙো। সঙ্কীর্ত্তন্দা ঙানবীয়ুকো। ভক্তীম্হ তম্বীয়ুকো প্রেমরস পিবীয়ুকো (অ) পাপ্তগী লানবীয়ুকো। থমোইদম্ব ঙানবীয়ুকো নংগী নাম্বু শোঙ্গেকো দোষ গুণ লোবীনুকো। হে প্রভু ইবুংঙো ননাইবু চানবীয়ুকো।

( গৌরবট )

জয়সচীনন্দন প্রভুহে (এ) জগতজীবন। প্রভুদয়ানিধে রাখ মোরে শ্রীচরণ তলে। অখিল ভুবনজন জীবন। আইসহে (এ) গৌরাচান্দের ভোমা আইসহে হৃদিপদ্ম সিংহাসনে রক্ষাসে বজনকরে। সচীহৃদয়ানন্দ প্রকট কৃতি চন্দ্রপ্রভু। নীজ প্রনয় নিভর বিতয় দেব। আমার হৃদয় মন্দির মাঝে উদয় করহে। হৃদয় সুরধনী তীরে বেড়াই কীর্ত্তন কর একবার উদয় করহে। এছত্রভাভাই প্রিয় গদাধর সঙ্গে. একা আসিবে নারহে।

( মান্ননা শককদবা )

সচীগী মচা ওইনা ঙাল্লিবা (আ) জীববু মুংশিহৈবা। পাপ্ন কোকপীতুনা পিনবীয়ু শ্রীচরণগী সেবা। "কোকহনবীয়ু থমোইগী অমম্বা। ঙানবীয়ু (নে) ইবুংঙোনা সঙ্কীর্ত্তনসিদ! প্রেম্না চন্দন ওই-জরগা কচ্চরীয়ে শ্রীচরণদ!। ঙসি পিবীয়ু তাঙলবা নংগী প্রেম পামজৈ থমোইনুংদা। দোষ গুণ পুম্বা লৌবীয়ু শোঞ্জবসিদা। ঐগী থমোই মন্দিরসিদা নংনা ঙাম্বোইবীরম্বো। হৃদি গঙ্গাগী মনাক্তা বেড়াই কীর্ত্তন তৌবীররে। নচিন ননাউনা গদাধর লোয়নদুনা কীর্ত্তন তৌবীরম্বো। প্রেমগী চন্দন লৌবীরো।

( গৌরবট )

জয়জয়শ্রীসচীনন্দন গৌরাঙ্গহে। (২)। মোর কবে দয়া হবে। জয়জয়শ্রীসচীনন্দন। মোর কবে দয়া হবে প্রভু গৌরাঙ্গ হে।

( মান্নরা শককদবা )

হয়া হয়া খুরুমজৈ ইবুংঙো লেংশিনবীয়ু। (২) ননাই ঐবু খোঁজানবীয়ু। হয়া হয়া খুরুমজৈ ইবুংঙো। ননাই ঐবু খোঁজাল-বীয়ু নংনা ঙাক্কোইবীয়ু।

হয়া হয়া খুরুমজৈ ইবুংঙো নংবু কৌঔ (২)। ভক্তীতনা আসন ওংজৈ। প্রেমগীচন্দন কৎলগা পেংজগে নীংজৈ নংগী নাম্বু শোনব পামজৈ চরণ থম্বাল নিজৈ

(রাগ মল্লার )

বিহার শীলোংতি স্বকান্তদেহ কান্তা প্রিয় ধার্মিকশীলযুক্তো কামাতুর। পিঙ্গল নেত্রযুগ্ম মল্লার রাগ প্রিয় কুমকুমাদ্যে।

আরে নিধিগোরা নিধিগোরা করুনা সিন্ধু অবতার। নীজগুণ গাঠি নাম চিন্তামণি। জগতে পড়ায়লি হার।

( মান্নরা শককদবা )

ঐগী গৌরাঙ্গনা জগৎসিদা থা ওইনা মানা ঙানবিররে॥ যুমথোং খুদিং চংলে নামদো য়েনবিররে॥ জীববু লায়না লানথীররে॥

গৌরচন্দ্র অসিদা মেন মেনকুপ পান্দুনা শক্লগা লোইগদবনী॥ ধুমেন অচুদা য়াউরীবা পুং ময়াম অমম্ভং পালা ময়াম অচু অমত্তা কায়বা য়াদে॥ অচুদগী মেনকুপ লোইরগা শৈশক তায়বগী-দমক পুং ময়াম অচু লোইনা থোক্লগা শৈশক অচুগী পালা মীরেপ অচুনা লৈহৌহনা মথা শকদবনী॥ লৈহৌরিবা পালা অচুনা গন্ধচন্দনগী হৌনা শক্লগনী॥

( গধাচন্দাশ )

জয়রে জয়রে গৌরা শ্রীসচীনন্দন মঙ্গল নটন সুঠাম ॥ কীর্ত্তন আনন্দ শ্রীবাস রামানন্দ মুকুন্দ বাসু গুণ গায়রে (এ) আরে ॥ দ্রাংদ্রাং দৃমিদৃমি মাদল বাজত মধুর পঞ্চম রসালরে ॥ শঙ্খ করতাল ঘন্তারব ভেল মিলন পদতল তালরে (এ) আরে ॥ কোই দেই গৌর অঙ্গে সুগন্ধি চন্দন কোইদেই মালতীর মালরে ॥ পিরিতির ফুল শরে মরমে ভেদল ভাবের সহচর ভোররে (এ) আরে ॥ কেহুবোলে গৌরা আমার জানকী বল্লভ রাধার-প্রিয় পাচঁ বানরে ॥ নয়নানন্দ মনে আননাহিক জানি আমার গদাধর প্রাণরে (এ) আরে ॥

( মায়না শক্লবা )

জয়ওইরে জয়ওইরে গৌরনা ভক্তগা লোয়ননা হয়াউনা নুংঙাইনা জগোই শায়রক্লে ॥ কীর্ত্তনদো হৌরক্লে শ্রীবাস রামানন্দ মুকুন্দ কম্না ঈশৈ শক্লে (এ) য়েরে ॥ ত্রেস্তাং খিৎত্র খিৎতাং হায়হুনা য়েরক্লে পুংলোনগা ঈশৈগা তাজাগা চানরে ॥ পুংগী করতানগী খোজেল শক্লীবা ঈশৈ খোজেল মোইবুংগী খোজেস্তুনা নিনক্লে (এ) য়েরে ॥ কনানা গৌরাঙ্গদা চন্দন্দো কচ্চরে কনানা মালতী পরেং হুকচরে । নুংশিরবা চন্দন মনম ফংবদা গৌরাঙ্গনা ত্রজগী লীলা রস খল্লুরে (এ) ঙাউরে । মীনা হায়নৈ গৌরাজসে সীতাগী চায়বা রাধ গী মবুংঙোনিসু হায়নরী । হায়জরী কোমল সিংহ অদ্বৈ অমা খংজদে শকচগে নংগী মগুণ শোজগে নিজরী ॥

গৌর নয়ন কমলে প্রেম জল ধারায়ে। রাধা-রাধা বোলি-কান্দে বৃন্দাবন বোলিডাকে গৌরগুণমণি। সুরধনীদেখি গৌরা যমুনা মনে মানি॥

( মায়না শককদবা )

গৌরহরিসে কপ্লক্লে প্রেম্না হকচাংদা চোংলক্লে। রাধা-রাধা কৌজরক্লে। ব্রজলীলা নীংশিংলক্লে অঙাউবদো খোইনা ঝারে। সুরধনী গঙ্গা য়েংলে যমুনা মঙ্গী থরে॥

( সোভা মোহন সূত্র )

নন্দ উপনন্দ ব্রজ সোভা সম্পদ মধ্যেবসি দামোদর গুণীগণ কলা বগুগান বাদ্য অদভুত দেখি কৃষ্ণ হরস অন্তরে। তুষ্টহয়া গুনী-গণ অনিদিল বহুধা সোভাজন যাই নীজনীজ ঘরে। আসি দামোদর ভোজন করি সেই সুখ কহন না যাই॥

( মায়বা সোভা মোহন সূত্র )

নন্দ উপনন্দনচিংবা ব্রজগী অহল-লমন পুরমক তিন্নরে সোভাদুগী ময়াইদা রামকৃষ্ণ অনী লেংশিন্নে। মতম অসিদা ঈশৈ শকপনা শকপ, পুং য়েবনা য়েবা মীয়াম অপুম্বা য়াম্না পুরীও সুজাইনরে। মহৈ মহৈ অহাও অথুম পুখোক পুখোক্লদুনা চারে। মতো অসুম তৌনা হরাউ কুম্মে তৌরগুদগী মহৈ-মহৈ মথুম মরুমদা হয়থরে। রামকৃষ্ণ অনীসু লুক হাবা লোইরদুনা শয্যাদা চেপক্রে॥

( সূত্র )

এথারাই সুধামূখী নীজ কর্ম্ম সমাপন হেন কালে সখীগণ তাহা আগমন। সখীগণসঙ্গে সুনাগরী বিরলে বসিয়া কৃষ্ণরূপ মনেগুণী সখীরে কহিলা।

( মান্নবা সুত্র )

অশোমদনা কমদৌরি শ্রীমতি রাধিকানা ইমুং মসুংগী হৌনবী থবক পুন্নমক লোইজরে। মতম অসিদা চান্নজবী মতাশিং ময়াম লাক্লে কনাগুম্বী সখীশিংসু ইবেন্মবু থোগল্লে। অদুগুম্বী চান্নবী পুন্নমক লোয়নদুনা অচিকপা মকমদা লেংশিল্লে মতম অসিদা মবুংঙোগী মুংশিজবা রাধিবু সখীশিংদা হায়জরক্লে॥

( অনুরাগ )

হাই প্রিয়সজণী শ্যামরূপ পাছরিতে নারিগো। হাই প্রিয় সজনী-সজনী। লোকে বোলে কাল কয় সেরূপ কালিয়ানয় নীলমণি কান্তি যিণি সোভা। লোকে বোলে কালা-কালা রাধা মোরে হৃদির মালা হাইপ্রিয় সজনী (২)॥

( মান্ননা শক্কদবা )

হা ইভা চান্নবী শ্যাম নাগর মাগী মৈচাক থাংঙমদে। হা ইভা চান্নবী, চান্নবী। হায়নবনী কুচু মুই অমুবদি নত্তেকো ইন্দ্রনীলমণিদগী হেল্লি। হায়নৈ মীনা অমুবনী রাধাদদি মণি-নীকো (৩) ইভা চান্নবী॥ (২)

হাই প্রিয় সজনী-সজনী প্রাণনাথ বিনে কেনে জীয়েগো কৃষ্ণপ্রেম ( ) জ্বালা। প্রাণবন্ধুর বিরহানলে প্রাণ ধরিতে নারে। অন্তরে-মদনজ্বালে প্রাণ প্রিয় সজনী। হামু অনাথিনী বিধি কইল বামা। প্রেমানলে দ্বীগুণ-দ্বীগুণ জ্বালেগো সজনী॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়বীয়ু ভাকপীয় শেন্বীয়ু লাইবক থিবী ঐগী উপায় ভৌবীয়ু মৈচাকসে ঈংকনবীয়ু। প্রেমগী মৈনা চাক্লবী ঐবু কৃষ্ণ কংহন-বীয়ু খল্লুরগা খাংডমদরে মৈচাকসে কনবীয়ু। খম্মোইগী মৈচাকসে ইভা খাংডমদরে। খল্লাই অসে খাজরগে পুক্নিংদা লেপচরে॥

( সূত্র )

এথা সনাগর মদন বিভর নি সব্দ উঠল নন্দ কিশোর জলধর রুচি শ্যামর কান্তি যুবতী মোহিত বেশ ধরু কতভাতি। ঘরসয়ে নিকছল অষ্ট দণ্ড রাত্রি সঘন গগন হেরী নখতের পাতি। কহত শেখররায় গুরুজনভীতি পরনারী পিরিতিক ঐছেন রিতী॥

( মান্নবা সূত্র )

অসোমদা নন্দগ্রামদা শ্যাম নাগর কৃষ্ণনা ( পুংজা ) দণ্ড নিপানগী মতুংদা শয্যাদগী লেংখৎলে মনা মনিল নাইদনা মপানলোমদা লেংথোরক্লে। সনাফিগে গুঞ্জানা চরণ খক্তা ইচাই চাই বাঁশী খুংত পাই নোম নোম নোম-নোম ভৌনা নিভৃত নিকুঞ্জ তয়ক্লে॥

( রাগ কৈল্যানী )

ব্যাধুন্তা নট নৃত পরিশ্রমেন বালা লীলাভি সন্তি প্রেম্মত্ত চিত্তা।
নটিনা কল্যানী কলয়তি সত হস্তীপ্রস্থানিয়া সুকাল বপুসা।

( কৃষ্ণ অভিসার )

কাননে কুসুম সবহু পরকাস। (২) শারীশুক পিক সুমধুর ভাস।

গুঞ্জত ভ্রমরা ভ্রমরী উতরল-। মধুমদে মাতল পড়য়ে বিভর। তবহি গমনকরু বিদগধ রাজ। ঝনন ঝনন পদ নোপুর বাজ। ঐছেন আইলা পায়ে নিভৃত নিকুঞ্জে। বৃন্দাদেবী হরসয়ে আনি পুষপ পুঞ্জে। ভ্রমি ভ্রমি বৈঠল নিভৃত নিকু ঞ্জ সেয বিসায়ল কিশলয় পুঞ্জে পথ হেরী আকুল বিলক পরাণ। অবহু সুন্দরী নাহি করল পয়ান। অন্তরে মদন করল পরকাস। চৌদিগে হেরত- গোবিন্দ দাস।

## ( মাল্লনা শককদবা )

কুঞ্জসে কুসুম্না ফুগাইনা শাংলীদো। (২) চোংঙা ভেনবা কোকিলা সুংশিনা খোংলীদো। খোইমুম্ব সঙ্গুনী গুণ গুণ হায়না ওংলীদো। লৈকা লৈকা খুদিংদা লৈহীদো চুপ্লীদো লেংঙক্লে নিভৃত কুঞ্জ ভম্লক্লীয়ে শ্যাম্মা। ঝনন-ঝনন হায়না নিপ্লী নোপুরনা। মতৌ অস্তুম লেংঙকপনা নিভৃত য়োরেনা। পেশ্লে বৃন্দাদেবীনা লৈদো থিজৈ কোয়না। লৈথন শুনা হেকচরুয়ে কচ্চরে বৃন্দনা। শেমজরে সজ্জাদো লৈথন নাইনা শ্যাম্মা। য়েংজৈ মাইকৈ খুদিং-মক্তা শ্রীরাধিকাদো। উদয়ে লেংঙকপা রাধা রাজরে কৃষ্ণদো। থম্মোইদা রাথনগী ঈথক ঈহৌরেদো। হায়জবী কোমলনা থোন-বীয়ো বাঁশীদো॥

## ( কৃষ্ণা অভিসার )

হরি আয়ে মোহন আয়ে পদযুগ নোপুর রুনুঝুনু বায়ে। উঠত চরণ নোপুর রতন বৈছে দামিনী চকিত খেলায়ে হরি আয়েঙ্গা

ঝন ঝন পদযুগ নোপুর বায়ে। ঘন ঘন কলরব মদন জাগায়ে। বৃন্দাবনে তরুলতা পুলক অঙ্কুঁরে কৃষ্ণ আগমন জানি হরস অন্তরে। ফল ফুল নম্র শাখা প্রনতি করিয়ে সৌরভেত পুষ্প কৃষ্ণ প্রাণ সমর্পিয়ে॥

( মান্নানা শককদবা )

হরি লাক্লে নাগর লাক্লে শ্রীচরণদা নোপুরনা ঝন ঝন হায়না নিল্লে। থাংলিবা খোংথাংনে নোপুর খোঞেয়ে জগোই শাবগী মওংদো মাল্লক্লে হরি লাকলে।

ঝন ঝন খোংথাং খুদিং নিল্লে নোপুরনা। নোপুরগী খোঞেন্না পাংবিরীয়ে কামগী মতেং ওইনা। শ্রীকৃষ্ণনা লেংঙকপদা হরাও তুজুংজরে চরণ থম্মাল তমলদুনা লোইনা খুরুমজরে। হৈপাল লৈপাল পুম্নমক্তো লোইনা য়েন্নীং হল্লে শ্রীকৃষ্ণগী চরণ খাদা থল্লাই কৎথেংকচরে॥

বোলয়ে শ্যামনাগর। গোপন ভাবে। নীজ নোপুর হস্তে ধারন। পাবনা পাবনা পাবনা বোলি। গুরুজন শুনিলে আজ ঘটিবে বিবাদ প্যারী সনে নিকুঞ্জ বিলাস॥

( মান্নানা শককদবা )

হায়রকই শ্যাম্না তপ্পা। তুমীন্না লোম্না। নোপুরদা খুৎনা ফাহুনা ফংলরোই ফংসরোই ফংলরোই হায়না। গুরুজন্না তরগা রাথোক ওইরগনীনা রাধিকাগা শান্নবা ঐনা॥

নোপুর কহে কেনে বোলপ্রভু। কথন পারিবনা। ধ্বনী মাত্র সেবা করি যোগি ঋষি মুণিগণ ধ্যান নাপায় রাতুল চরণ

মোর ভাগ্য ফলে নোপুর নাম পায়ে কেয়ী যাবে নিলম্ব।

( মায়না শককদবা )

হংগংচ্ছরী ননাই নোপুরনা। লৈজরোই তুমীয়া থোগল-বনী খোম্হোক্তনা। যোগি ঋষি মুনিনা কংঙমদবা তাঙলবা চরণ ঐনা কংজররে ইমীং নোপুর হায়না ঙমলোই লৈবা তুমীয়া॥

শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জ য়োবা ঈশৈ অদু মথক্তস্থ য়াউগ্রে অদুবু সুত্র ওইনস্থ খজিক্তং ইজরী॥

( সুত্র )

ঐছেন চলিয়া শ্যাম পাইল নিভৃত হেন কালে শ্রীমতি রাধিকা নাদেখি নয়ন শ্যামের মন বর দুঃখি। তাদেখিয়া বৃন্দাকহে ওহে শ্যাম নাগর তোমার বাঁশী অধরে থইয়া ডাকহ তোমার প্রিয়সী রাধা। এত শুনি শ্যাম নাগর অধরেতে বাঁশী থইয়া ফুকারই বার বার॥

( মায়বা সুত্র )

মতৌ অসুম লেংঙদপনা য়োরক্তে নিভৃত মতম অসিদা শ্রীমতি রাধিকাগী মাইথোংদি উত্রবদা ইবুংঙোগী পুক্নীংদা রাজ-রক্লে। অদু উবদা বৃন্দানা ইবুংঙো বাঁশী অদো খোনবীরো শ্রীরাধিক'বু কৌবীরো। রাহৈ অসি তারবদা হবুংঙোনা চিনবান-থোংদা বাঁশী থোংলগা রাধা রাধা হায়না খোংঙক্তে পুংশিনা॥

( বাঁশী খোংবা )

ভুয়ো ভুয়ো সুরত সুধয়া মোদরি প্লাস রাধা। চিত্র পায়ৈ চতুর তিলক জ্ঞাত সার ভাব। বৃন্দাতবাং পুমুর পিতয়া

রসাস্বান যথেষ্ট'। প্রেমাং চক্রে নীজ মুরুলীকা কাকলি মেৎ কৃষ্ণ ॥

( মান্নবা শককদবা )

লাকও লাও কুণ্ডগী মবেম্মা নিংথৌরচা ইবেম্মা। কৃষ্ণ ঐগী থরাইগা মান্নবী প্রেমগী লংগে ওইরিবী। মরোল অসি হায়ত্নবা কন্না কাম নীজ লোয়ননা। চিনবানথক্তা হাপলে মুরুলী খোংঙক্লেদে কৃষ্ণনা ॥

( সুত্র )

বাঁশীর সব্দ শুনী রাই বিনোদিনী সখীগণ থামে কহিল সু মধুর বানী ॥

( মান্নবা সূত্র )

বাঁশীগী খোঙেন তাবদা শ্রীমতি রাধিকানা চান্নরবী সখী শিংগী মফমদা হায়জরকই ॥

( বাঁশী অনুরাগ )

ওই ওই ওই শ্যামের বাঁশী অমৃ' কুলের ধরম বিনাসী। শুনিতে চাইগো শুনিলে প্রাণ ফেটে যায়গো খোলের বদন থ'কে রাধা রাধা বোলি ড'কে লাজে মরি মারগো হাই। শ্যামের বাঁশীতি দুপুরে দাকাতি এদ্বাগ ওদ্বা। দুইদ্বাগ কলঙ্ক দিয়েছে ॥

( মান্নবা শককদবা )

ও ও ও শ্যামগী বাঁশী খে লে মাঙহনবীরে ধর্মসি। সুংসি-জৈদো বাঁশী তাবদা কায়রে থম্মোই অসি। খোংঙকলে মাহাকী

বাঁশী রাধা রাধা কৌরকপসি ইকাইবনা শিরে ঙসি। মহাক্কী বাঁশীসে চাকহল্লী থরায়সে মাগীদমক ঐসে রাথোক্ক' ওইনৈসে ॥

আলসোই শুনিয়া যায় শ্যামের বাঁশীর কথা কইরে। কুলের ধরম গৃহেরী করম বঁশীয়া সকল বিনাসয়রে। বাঁশীর সব্দ শুনিতে পরমাদ সর বস ধন লিয়া গেলরে। চন্দিদাস কয় তেইসে কারন বাঁশীর অমুল্য ধন বাঁশীতে। শ্যামের বঁশীতি বিষম দাকাতি এদ্বীপ ওদ্বীপ দুই দ্বীপ কলঙ্ক দিয়েছে ॥

( মান্নরা শককদবা )

ইভাসা থোংগুক্কে মুংশিবা বাঁশীগী খোঙ্গেল ভারে। ধর্ম্মস্ন কর্ম্মস্ন রাথনস্ন শাজৎস্ন বাঁশীনা পুম্নমক মাংকনবীথরে। বাঁশীনা ঙম্বদি ইভা চাকম থকফম লক্ষম চৎফম খংকল্দনা পুম্বঙাউ ঙাউহনবীরে। কোমললা হায়জৈ থম্মোইমুংদা ঙকচৈ বাঁশীগী মগুণদি হায়বা ঙমদরে। বাঁশীগী খেঙ্গেম্না থর্ম্মোইমুংদা দাকু ওইরে ঐগী থরাই অসে বাঁশীনা হুথরে।

( বাঁশীগান )

হেন কানে বাঁশী ধ্বনী দ্বীগুণ বাড়িল। রাই শ্রুতি মুলে পৈছে করে তলমল। মধুরিপু রসবাপি মৎতহংস প্রজলপং। প্রনয় কুসুম বাড়ি ভঙ্গ সঙ্গীত ঘোষৈ। সুরত্ত সমর ভেরী ভাঙ্কৃতী পুতনারে। জয়তি হৃদয় দংশি রুপি বাঁশী নিনাদং ॥

( মান্নরা শককদবা )

মতমদুদা শ্যামগী বাঁশী থোংলে কম' কমা। ঈহোরে থম্মোইগী মৈচাক থাংজৈ নিরুা নিরুা। মুংশিরবা স্বরমক্কী

থরাই মঙা হুবনী প্রেমতবু মহাক্না থৌহল্লী ব্রজ রাথোক ওইহল্লী। কাম বীজ হাপ্পনী নীংবা পুম্না থুংলিবনী শ্যামগী পাক্সল ওইবনী ঙকপা খিবিক তিনবনী।

( মেন )

প্রিয় সজনী (৩) কেমনে সহিব প্রেম জ্বালা। শ্রীনন্দের নন্দন বিনে কেমনে সহিব প্রাণে হৃদি মাঝে জাগিয়াছে কালা। তমুনব জলধর বয়স কৈশোর বর বিম্বাধর মন্দ মৃদু হাসি। অধরেতে বাঁশী থইয়া ডাকে রাধা (২) বোলি চুরিনিল মোর প্রাণ বাঁশী। তাহে গুরু দুরুজন তর্জ্জে গর্জ্জে অনুক্ষনে চলিতে নাপারে তার পাছে। সহযেই পরাধিনী আর তাহে কলঙ্কিনী ধিক (০) গোপী রমন দাস॥

( মান্নমা শককদবা )

প্রেম্না চাক্লক্লে (৩) মতৌ করম ঐনা থাংলসিবা। শ্রীনন্দগী মচা ওইবা যশোদাগী থরাই ওইবা থম্মোইমুংদা কাউওমজ-দেগবা। ফুইনা হৌবা নোংবু ওম্বা শংবাম্নমা কক্সবা মোমোন (২) নোক্না থম্মোই হুবা। চিনবান থোংদ বাঁশী থোনবা রাধা (২) হায়না খোংবা ঐগী থরাই বাঁশীনা হুরীবা। ফত্তরবা গুরুজন্না চক্রি তৌবী তোয়না (২) চচ্চবা ঙমজদে মাগী নাক্তা। মহৌশানা মীথা পোনবী মতম থুদিং রাথোক চাউবী তোল্লি (২) মুপী ওইবা ইডা॥

সখি বোলনা (২) কি হেতু জীবন রাখি। সখি আরে অলি আরে প্রাণ ধাবিতে নারে। অলি আমা দুর্ভা গেরে।

অলি আমা দুর্ভাগেরে এখন আমার প্রাণ সখি কি সহে অবলা রাধা। জ্বর (২) হিয়ে বন্ধুর লাগীয়া আনলে পুরিয়া গেলরে সখিরে। হামুনারী কুল বালা নাজানী কি কইলাম কালা। নারী না হইতাম যদি সঙ্গে যাব নিরবধি। এতই আজনা বিধি কেনে করিব অবলা রাধা॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়য়ু চান্নবী (২) কান্নদে ইতা হিংবগী। চাকলে ঐদি ইতা মাগী প্রেম্না মীকুপ খুদিংগী। চাকলে ( ) রাধা ঐদিং চাকলে (২) রাধা ঐদি কল্লি (২) প্রেমগী মগুণ হায়য়ু কবি উপায় লৈরী। তোল্লি (২) ইতা সুপীগী মপোকসে বিধিনা ঐহাকপু তমখিবী চান্নবী। মাংলে (২) রাধা ঐদি ওইহন-বিরী ওক্তবী। ব্রজসিদা লায়নবিরী রাধা ঐবু রাথোক চাউবী। মৈচাক খাংলবী পাঙ্গন শোনবী তোল্লবীনিদো ঐদি॥

( অওনবা )

উপায় বোল প্রিয় সখি রাধা অভাগিনী দ্বীগুণ জ্বালা। দাবানল মধ্যে কুরঙ্গিনী বালা যেন কমলিনী হিমের জ্বালা। প্রাণ সহেনা (৩) হামু রাধা দুর্ভাগিনী রামা। যার লাগী কলঙ্কিঁনী হউক আমারে॥

( মান্নবা শককদবা )

উপায় হায়য়ু চান্নথোইবী লাইবক থিবী ঐদি খোইনা চাক্লে। লম্মৈনা কোইরবী শজী পাঙ্গন শোনবী মাগী মত্তোগুম্না মৈচাক খাংলে। প্রেম্না চাক্লেদা (৩) রাধা ঐগী মপোকসে তোল্লিদা।

মাগী দমক রাধোক চাউবী হায়নবিরী ব্রজসিদা ॥

( অওনবা )

হামু মুগুধিনী বালা কেমনে সহিব প্রেমের জ্বালা। হাই আমি কি করিব। প্রিয় সজনী। হ। বিধি বিধাতা কি লেখিলে মোর কপালে। কৃষ্ণ বিরহিনী রাধ এই ব্রজের মধ্যে কলঙ্কিনী হাই প্রিয় সজনী। কলঙ্ক বাদিনী রাধ কলঙ্কিনী দুঃখ মানিনী। অকলঙ্ক ব্রজ ধাম কলঙ্কিনী রাধা নাম ॥

( মান্নবা শককদবা )

তোল্লি (২) নুপী ওইবা করম্না খাংশিবা প্রেমগী মৈচাক। হায়নরী রাধোক চাউবী ওইরী ওক্তবা। হায়বিরী ওক্তবী লাইবক থিবী রাধা পাপচেনবী। কাইনা মৈশা লাংবী রাধা ঐনা পামজকবা মাগী সেবা হায়বামু ফংনবা। মহাকৌদমরী ইভা কপ্পতনা পাঙ্গল ওইজব। ব্রজাসিগী মনুংদা লৈজররোই ইভাসা ॥

( অওনবা )

এতই জ্বাতনা বিধি কেনে। হা হা বিধি বিধাতা কিলেখিলে মোর কপালে। হামু দুভাগিনী সমান কে আছে ব্রজের মাঝে। তোর আগে এখন মৈলে যাদ ভাল হবে। প্রাণ বন্ধু বিনে কিকরিব হাই হাই প্রিয় সজনী ॥

( মানন্না শককদবা )

মৈচাক খাংলবী পাঙ্গন শোনবী। হায়বিরী ওক্তবী লাইবক থিবী রাধা পাপ চেনবী। হায়মু উপায় করি লৈবা কংনবা

মাগী সেবা। শিরগদি ফগদরা ঐগী মীংচৎ কোকদরা। প্রেম্না চাক্লিবনী চান্নবী হাই হাই করম খাংসিবা॥

প্রিয় সজনী জনম দুঃখিনী উপায় বোল প্রিয় সখি। হামু দুর্ভাগিনী রাধা কলঙ্কিনী। হামুত অবলা প্রেমেরী জ্বালা হামু দুর্ভাগিনী প্রাণ তেজিব। এই ব্রজের মাঝে সদাই কলঙ্কিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

প্রেম্না চাক্লে রাধাগী থম্মোয়সে করি উপায় লৈরী চান্নবী। তোল্লবী পাপচেনবী রাথোকস্নু চাউরবী। মুপীস্নু ওইবিনী রাথনস্নু থেনবিনী পাঙ্গনস্নু শোনবিনী প্রেম্না চাকপিনী। ইতা ব্রজসিদা করম্না হিংগনী॥

পাপিনী হামু কিসহিব প্রাণ এত দুঃখ দিলে দারুন বিধি। রাধা হামু একাকিনী। ব্রজের মাঝে সদাই কলঙ্কিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

পাপ চেনবী ঐদি করি ওইগনী অহোইননা চাক্লে থল্লুবা খুদিং। রাধা হায়বী ইথস্তুনী। ব্রজগী মনুংদা রাথোক চাউবীদি॥

ধিক (২) জীবন জীয়ে কিকারন মুগুধী বেয়াধী বাঢ়ল অন্তর। মনে অন্ধার (২) হইলরে। উপায় বোল আরে অলি আরে॥

( মান্নবা শককদবা )

পাপ্র। তাদুনা পোকপা মপোক ওইরে অরাবা রাথম্না ঐতগী ওইরে। প্রেমগী মৈচাক থাংবা ঙমদরে। উপায় অমা হায়যু ঐদি বারে॥

নাজান পিরিতি সহে জ্বালা (৩)। না জান পিরিতি সহে জ্বালা (২) এ জ্বালা (৩) জ্বালা সোই এ জ্বালা। কান্থুর পিরিতি যেন কাল ভুজঙ্গম দংসিল অবলা প্রাণ। এ দুঃখ কহিমু কারে হাই সখি হাইরে হাই। হামু রাধা অভাগিনী প্রাণ কি সহিব॥

( মান্নবা শককদবা )

হকমল্লী কনমল্লী প্রেমগী চৈনা (৩)। হকমল্লী কনমল্লী প্রেমগী চৈনা (২) থাংওমদে (৩) গবকো ঐহাক্না। পিরিতি লায়নাদি লম্মৈনা চাকুম্মী ইতা চাক্লিয়ে থম্মোইদা অহোইনা। কনাদা লৌরগা ইতা মৈচাকসে ঈংগবা। হায়যু ইতা অওকপনী প্রেম ওমদে থাংবা॥

দাবানল মধ্যে কুরঙ্গিনী বালা। যেন কমলিনী হিমের জ্বালা। প্রিয় সজনী (২)। কেমনে সহিব। জ্বালাই সোইতে নারে॥

( মান্নবা শককদবা )

লম্মৈনা চাক্লবী শজীগুম্মী ইতা। শজীনা থাংবগুম থাংলী ইতা। হায়যু চান্নবী (২)। কমদোনা থাংগনী। থম্মোয়গী মৈচাকসে॥

হামু দুর্ভাগিনী রামা বিধি মোরে হইল বামা॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়যু উপায় করি লৈবা মৈচাক অসে কোক্লনবা॥

( তাঞ্চপ )

সখি কি বাচিবে পরাণ আমার শ্রীনন্দের নন্দন বিনে প্রাণ শখিকি। ভাবিয়া (২) প্রাণ সখি কি। ঘনষিত বয়ন ললিত

ত্রিভঙ্গ হেরি যুবতী মোহিত আনঙ্গ। মধুরং (২) বপুরস্য বিভো মধুরং (২) বদন মধুরং মধুগণ্ডমৃত্থ স্মৃত মে দদহো মধুরং (৪)॥

( মান্নরা শককদবা )

চক্রিৃযী যটিলা চিনফেন্দ ফবী কুটিলা মমা মচানা ঐবু য়েংশিল্লী। খোংথাং খোংথাংগিনী। খল্লু (২) খুদিংদা খাইনা মৈশা খাংওমদা খাক্রা খজিত্ত খন্থুজংহৌদবননী। কপ্পুনা (২) কমজরগে পুন্সি কপ্পুনা (২) কংদরে ইমীৎসি করম কাউরসিবা কালা কাউওমদেনা কপ্পুনা (২) কৃষ্ণবু শোনগনী ( ঐনা চক্রিৃবী )

( তাঞ্চপ )

অব হামু কিকরিবরে তোরে বোলিয়ে প্রাণ সখি না রহিব ইহা। মরম কথা। সখি আরে হা হা প্রাণ সখিরে। তোমা বিনে দুঃখের কথা কারে কহিবরে। ঘরে বসি রাখ তুয়া কুলের ধরম অভাগিনী করিব উচিত করমরে। গোকুল নগরে কিবা কিনা করি নবীন পিরিতি সাধা সে সব যুবতী কুলবতী স্বতী শ্যাম কলঙ্কিনী রাধা। শাশুরী ননদি দুষ্ট গৃহপতি ভর্জ্জন গর্জ্জন করে কে পারে। এব নীজ (২) ঘরে চল সখী সোভে কলঙ্কিনী সঙ্গ যদি কলঙ্ক হইবরে।

( মান্নরা শককদবা )

উপায় হায়য়ু কৃসঃ ফংহনবীয় লৌশিং তাকপীয়ু প্রেমগী মৈচাক কোকহনবীয়ু ঐবু। মুংশিবীয়ু। ইভা ঐবু ওক্তবীস্থ হায়সনু। কনাদস্থ খংহনবীনু রাধাবু খাস্থীনু। য়ুমদা লৈরে মীরা ভাইদো

মীখা পোনবিনীনা লাইবক থিবী রাধা ঐবু কৃষ্ণবু কংহল্লু॥ লৈররোই মুমদম্মু ইতা চচ্চররোই বন্দম্ম শিরগে রাধা মীংচৎস্তু থিসন্নু ব্রজ রাথোকসন্নু শ্যাম্না পেনবিসন্নু ঐবু। যটিলা কুটিলা মমা মচাসিগী চক্তি অসে খাংঙমদরে ঐলাকপু। হৌজিক নংগী (১) মুমদা হল্লে, পল্লগন্নু অরা নুংঙাইমিন্নরবী ইতা নখোয় রায়োন্নু॥

( তাঞ্চপ )

সখি হাই প্রিয় সজনী জীবনের নহি দায়। শ্যাম দরশন-বিনে প্রাণ ছারিতে চায়। মরণ সময়ে সখি করহ সহায় কৃষ্ণনাম মন্ত্ররাজ শ্রবনে শুনাউ॥

( মান্নরা শককদবা )

সখি হায়বীয় লাংবীয় ঐগী উপায় ভৌবীয়। শ্যামগী চরণ কংহনবীয়ু থরাই কনবীয়। মাগীদমক থরাই অসে থারগে লেপ্লে প্রেমগী মৈচাক খাংঙমদরে হিংবা কায়দরে।

( তাঞ্চপ )

দহিলে অঙ্গ শ্যাম বিরহানলে। দাবানলে পুরেবন তেমতে পড়িয়াছে মন কতনা সহিব সহন না যায় হেদে আইল প্রাণ সখীরে (২)। শীতল চন্দন শীতল মলয়া নিল বাঝ্য দহতি মম দেহা। অন্তরে দহতি বিরহানলে মম পঞ্চপ্রাণ হাই। গম্ভীর যমুনা জলেস্মিন দগ্ধা প্রাণ যাহামি। প্রাণনাথ গোবিন্দ বিরহে। তৃষ্টতি প্রাণ মম কণ্ঠ দেশে বারং (২) কথংনিবার আমি। অহমপি কুলহিনং দুর্ব্বলা স্ত্রী যাতী॥

( মান্নবা শককদবা )

অহোইনা চাক্লে চিন্তানা ওইরী চিন্তা। লম্মৈলক্তা লৈপ্রবী শজীগা মান্নৈ ইভা। কল্লিদা পিরিভি খাংঙমদে ইভা হায়মুগবা উপায় অদো অমত্তা চায়বী ললিতা। ঈংলবা চন্দন্না ঈংলবা মলয়ানা মৈরী ওইদুনা চাক্লে ইভা। থম্মোইদা চাকপদি প্রেমতগী মৈনী মতৌ করম ঐনা খাংনী। শুক্লবা যমুনা ঈরেন্দা শিখিবনা করনী। প্রেমগী মৈ শোইরোই কোক্লগনী। ঈংবম্ব য়ারোই করি উপায় লৈরোই রাধা ঐদি হিংঙ্গবগী কাম্নরোই। কুল ধর্ম্ম থল্লরোই ব্রজদা লৈজররোই।

( তাঞ্চপ )

দহিলে অঙ্গ আনঙ্গ হুতাস ওগো সোই না জানিয়ে বসন্ত এ কবার আইলাম সে কেমন। দারুন হরের বারী আমায় মদনিয়ে সে ভাল মরিলে না মরে প্রাণ ছয় ঋপু ছয়জন॥

( মান্নবা শককদবা )

অহোইনা চাক্লে মদনগী চৈনানা বসন্তগা ওইবনে ঐগী খাং-কম লৈতেসে। ভমথিবা নোংদম্বা নংসে ঐবু বানা খাংহনবনীসে শিশি শিঙমদেদোসে খাংঙমদেদো মৈচাকসে॥

( বাঁশী অনুরাগ তাঞ্চপ )

লাজে মরিলাম আজ রজনী সজনী শাছুরী ননদি আগে। গুরুজন মাঝে থাকে বাঁশী বাঝে বাঁশী রাধা (২) বোলি ডাকে। শাছুরী ননদি দুষ্ট গৃহপতি ভর্জ্জন গর্জ্জণ করে কে পারে। যদি শ্যাম পায় তুমিসে কহিয় রাধা কলঙ্কিনী রইতে নারে। সাগরে

পসিয়া পরাণ তেজিয়া কলঙ্ক মীত বেগো সজনী। চণ্ডিদাস কয় ধর্য্য বাঁশী লয় বিশ্বামীত্র ময় বাঁশী ধ্বনী॥

( মায়না শককদবা )

ইকাই হনবীরে ঐবু রাহল্লে বাঁশীসে ইনেমগী ইচনগী মাংদা খোংঙল্লে। গুরুজন তিল্লিদৈ রারী শানরীদৈ বাঁশীনা রাধা (২) হায়না কৌরল্লে। চক্রিবী বটিলা চিনগনবী কুটিলা ভাখিনী হায়না ঐনা মীপাইরে। ইভা নখোয় চৎলো শ্যামদা ভম্বিরুরো রাখোক অনৌবদো ওইবা ভারে। মীশিংদা চোংথগে থবাইসে থারগে রাখোকসে কোকহল্লগে নীংজরে। কোমলনা হায়জৈ লৈবীয়ু ভপথনা মীনা থংখিগনী চিংনজরে॥

( ভাঞ্চপ )

শুনগো ললিতা কি হইল রাধা পাপ কপালে বিধি শিরিজি লেগো। হা হা প্রাণ ললিতা। তিন দ্বীগে দাবানলে আগে ব্যাধ ধনুর শরে যেন মৃগী চক্ষু মীলে চায় বোল সখি ললিতে। উপায় বোল প্রিয় সখি। হামু দুর্ভাগিনী রামা বিধিযোরে হইল বামা। হা ধিক (২) যছিত জনম সখি॥

( মান্নয়া শককদবা )

চায়বী ললিতা তোল্লীদা রাধা পাপ চেনবী ঐনা পাঙ্গল ওইরী কপ্পনা। কনবীয়ু নখোয়না। লম্মৈনস্থু কোইশিল্লবী মাংদ

ব্যাধনম্ব থৎপী অহৃগুপ্পী শজীহুনা রাধা ঐগা মাম্নৈনা। উপায় হায়য়ু ইভা নংনা। পাঙ্গন শোনবী মুপী ওইনা পোকহনবিরী নোংদম্বনা। তোল্লি (২) চাকশিল্লক্ল প্রেমগী মৈনা॥

## ( তাঞ্চপ )

হা আ হা বিধি (২) কি লেখিলে হামু রাধা পাপ কপালে। কেন বা নারীর জনম দিলে। নারী না হইতাম যদি সঙ্গে যাব নিরবধি। পিঞ্জুরার পক্ষীযেন পার হইতে নরিগো॥

## ( মায়না শককদবা )

হা আ হা বিধি (২) নংনা লেম্বনী রাধা ঐগী কত্তবা লাইবক। পোকহনবিরী মুপী ওইবা মপোক। মুপী ওইরমদরবদি শ্যামগী তুংইঞ্জগনীকো। পোন্দা লৈবা উচেক্লুম য়েংশিনবনা রাম্মীকো॥

## ( মেনকুপ )

হাই (২) প্রাণ সখি অভাথিনী প্রাণ সোইতে নারে অবলা প্রাণ সোইতে নারে কৃষ্ণ প্রেম জ্বালা গো। কেমনে সহিব প্রেম জ্বালা গো। শ্যামের পিরিতি কাল ভুজঙ্গিনী দংশিলুরে। দুর্ভাগিনী হামু নিদারুন বিধি এত দুঃখ শিরিজিলে কপালে হামু॥

## ( মান্ননা শককদবা )

হায়য়ু চান্নরবী লাইবকথিবী রাধা ঐগী উপায় থম্মোয়সে প্রেম্না অহোইনরে করম্না ঈংগনী ইতা ঐদি। করম্না থাংগনী

পাঙ্গল শোনবী ঐদি। খংলিরোইকো ইতা নিপা ওইবা থম্মোয়দি। খল্লু (ভ) খল্লুরগা লাইবক থিবী ঐগী থম্মোয় অসে কায়খিদোরে শ্যামগী প্রেমা ঐদি ॥

( মেনকুপ )

বিশাখীকে বোলে তোমায় বা চাউগো প্রাণ সখি। হে প্রিয়ে সজনী (২) জনম দুঃখিনী বন্ধু প্রেমানলে হৃদয়ে দহতি প্রাণ সোইতে নারে। ললিত ত্রিভঙ্গ মোহন মুরুতি রসরাজ মূর্ত্তি যে রূপ দংশিলে হৃদয়ে গুণীয়ে দ্বীগুণ জ্বালা প্রাণ বিশাখীকে। কিবা কর্ম্ম ফল জনম কালে সুখেরী কলম ছারিয়া বিধি দুঃখেরী কলম হাতে ধরি। মম লাগী নিকরুন কপট বিধাতা কেমনে লেখি এত দুঃখদিলে শৃষ্টি কর্তা করে বিধি শৃষ্টি নয় বিধাতা সংহার কারক দুষ্ট বিধি। যাব আমি দুর দেশ হয়া যোগিনীর বেশে। বন্ধুর কারন আমি যে গিন হব কৃষ্ণ নাম লয়ে ॥

( মান্ননা শককদবা )

বিশাখীকে হায়য়ু কৃষ্ণ ফংনবা উপায় অদো। হে ইভা মপোকপু কত্তবী বাথোকয় চাউরবী শ্যামগী প্রেমগী মৈনা থম্মোহদা চারক্লে খাংবা ঙমজদেদো। মথেক অহুম থেকপা মুকলী থোনবদো খল্লু খল্লুরগা অহোইনা চাক্লেদো কাউজবা ঙমজদে নিংথিবা মুর্ত্তিদো ( হে বিশাখীকে )। মপোক কয়ারক্তা তৌরকপা পাপ্পা বিধিনা ঐহাকপু য়েক্লবী ইভা মোংদয়া মহাকসে সুংশি হৈজ্জেদো ( হে

বিশাখীকে )। ওম্মোকপনী বিথি নংসে করিগী ঐহাকপু পোক-হন্নী নংনা মুপী ওইরদুনা শৃষ্টি শেম্মী হায়নৈ নংসে শৃষ্টিদি নত্তনা নোংদম্বা নহাক্তি সংহার ওইরেদো ( হে বিশাখীকে )। ঐদি যোগী ওইজরগে লাইনীংবীদো ওইজরগে। মহাকীদমক্তী উথোং খুদিং পেম্না শোজরুগে॥ (২)

( মেনকুপ )

কহয়ে সখি ইহ জনমীয়ে পাপিনী কপালে হাই। বন্ধু লাগী প্রাণ প্রিয়ে যাব দেশান্তরে দিবা নিশি কৃষ্ণনাম ( নাম ) জপী (২)। আজ নিশ্চয় মরীব (৩) সখি ভেজিব (১) পাপিনী পরাণ কি ফল জীবন রাখা। আমার মরণ কালে কৃষ্ণনাম মহা মন্ত্ররাজ বোলগো সোভে। ভুলনাই (২) মমপ্রাণেশ্বর তোরা সব মেলী জপ কৃষ্ণনাম। মৃতু কালে কৃষ্ণ নাম শুনি যদি মৈলেম রাধা পুন জন্মে যার চরণ দাসিনী হবা॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়য়ুনে ইতা মপোক অসিমগী হিংগনী কয়ম্না ( আ )। মাগীদমক চায়রবী দেশ (২) কোয়না অহিং মুংখিল নাইদনা শোল্লুবগে কৃষ্ণ। ঐনা নীংজৈ হিংবগী কায়দে কয়নী শিবনা লৈয়রোই (২) বৃন্দাবনসিদা শিজয়গে ইতা। ঐনা শিরবা কান্দা কৃষ্ণনাম মহামন্ত্র অসি শোল্লুকো ইতা। কাউগনু (২) ইবুংঙো মাবু নখোয় ময়াম পুম্না শোল্লু কৃষ্ণ নাম। মাগী নামদো শোল্লিঙৈ তানা (২) শিজরগা মপোক অমা ওজরগা ওইজগে মনাই॥

( সুত্র )

এইমতে সুধামুখী সয়ন মন্দিরে অভিসার লাগী উৎ কণ্ঠা বাঢ়িল। ক্ষনে কৃষ্ণ অদর্শনে ধরিতে নাপারে প্রাণ ললিতার স্কন্ধে ধরি কহে মৃদু বানী। আজ কুঞ্জে কৈছে করবী অভিসার কহ সখি কি করি উপায়। হেন কালে ললিতা কহে কর আবধন গুরুজন পরিজন সব নিন্দ ভেল। তুরিতে সাজহ ধনী হইল সুমঙ্গল। এত শুনি কমলিনী কৃষ্ণ সঙ্গ যুজে বেশ করিল সাজল॥

( মায়বা সুত্র )

মতৌ অশুম তৌনা রাধিকানা সঙ্গায় মনুংদা মবুংওোগী রাখয়া থোইনা (২) চাকশিনরে। মবুংওোগী শ্রীমূর্ত্তিবু মীকুপ অমত্তং উৎবদা থরাই পুবা ওমজদহনা চায়রবী ললিতাদা কোয়-রদুনা হায়জরকই। ইতা মতৌ করমতৌনা চৎকদগে বন্দা হায়রুনে নহাক্না রাধা ঐগী কননবা উপায়। রাধিকাগী রাহৈ ভারবদা ললিতানা হায়রকই ইতা। ইবেম্মা গুরুজমাচিংবা মীয়াম পুম্বা তুমখরে শেম শারসি ওইরগনী মঙ্গল। রাহৈ অসি ভারবদা রাধিকানা মবুংওোগী সেবাগীদমক মতিক চায়বা কজ কজরবা নৌতেং শেম শাবা হৌরক্লে॥

( সাজল )

শিখায়ে সিন্দুর নয়ানে কাজর তাহে চন্দনের রেখা। নব জলধর অরুনের কনে নবীন চান্দের রেখা॥

( মান্নরা শককদবা )

শেমজরে শেচ্চরে শংলবা শারিদো শিক্তিরে সনাগী শিরাং।
শক্লে শোরে শারে সখীশিংনা শেম্লে মনাগী শমজেৎনা শম্লাং॥

( সাজল )

সা ( আ ) জিলধনী চান্দবদনী ধনী রাধা। (৩)। কৃষ্ণ সঙ্গ যুক্ত বেশ। ধনীরাজ নন্দিনী। কনক কটোর চর কুচ করক জয় উজ্জর মৌটিক ডাম ভুজ যুগ স্থির বিজুরী পরি মণিময় কঙ্কন ঝলকৃত চমকিত কাম। ঝ পর কবরী ভাল অলকাবলী বাঁ উধমু যাযমু মন মথ সেবী। ধনী রাজ নন্দিনী (৩) চরণ যুগল যাবক রঞ্জন অতি শুবির'জে॥

( মান্নরা শককদবা )

শা ( আ ) নীংবা শাসি শরী বা শরা শরা শেমসি। শানীংবা শাসি শরীংবা শকসি শরী বা শরা শরা শেমসি। (২)। শ্যাম্মু শুমাৎলুনবা। নিংথিজবী রাধানা। করি (২) শেৎসিগে করি করি শিসিগে করি (১) যানসিগে করি (২) রাৎপগে। থমণি ফজনবা থর (২) নিংথিজবা থন্দুনা খ্বাংদা শারি থোংজি খুজী খুদোপ লৈতেংলে। বৃষ ভানুনা পোকচবী (২) (ই) ভানুনা পোকচবী নিংথিবা চরণদা যাবক্তনা লৈতেং ওইনা পুমঙাল ভালে॥

( সাজলগী মেন )

আজবনিরে মণি রত্ন অলঙ্কৃত শ্যাম বিলাসিনী ধনী রাধা। কৃষ্ণ সঙ্গ সদাই বিভাবিতা। ভালে মৃগ মদ বিন্দু তার মধ্যে অর্ধ ইন্দু। প্রাণ বন্ধু সঙ্গ লাগী ঐন্য কর্ম্ম পরি ত্যাগী॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্যামবীংঙদো শাবা (২) শেমলসিদো শ্যামবু শুমংনবা শেৎলসিদো। শ্যামগী সেবা কংননবনীদো। চন্দনসু নিংথিজেদো উরে থানা ইকাইজেদো। কংনী থজৈ মথুংতোদো রাখল অতৈ থাদোকচেদো॥

( সাজলগী অওনবা )

বেনী অংগে সোণার ঝাপা মধ্যে (২) কনক চাপা। গোবিন্দ হৃদয়ে মোহিনী। (২)। লম্বীত বেনী যেন ফনীমণি বেড়ল মালতী মালিকে॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্যামগী চরণ ফংনবা ইরাং শেমজরে চৎনবা থৌরাং। কৃষ্ণবু শুম্নবা শেম্নী লাং। (২) শাংলবা শম্না শমজী শম্বুল শেমলে মালিকা মালতী থেৎলক্রে॥

( অওনবা )

সাজধনীরাই বেশের মন্দিরে। কৃষ্ণ সঙ্গ ভাব (২) মনে সুখী কুঙ্কুম মাখিয়া লেখ কৃষ্ণ নাম॥

( মানন্না শককদবা )

শেমজরে শম্নাং শিজরীয়ে শিল্লাং। কংজগনী শ্যাম বীদো সখী মম্নাম কস্তুরী কুঙ্কুম্না য়েক্লে কৃষ্ণ নাম॥

( তাঞ্চপ )

সাজলী বিনোদিনী রাধা (২)। বিনোদিনী রাধা। (৩)। সাজলী বিনোদিনী (২) রাধ। সাজলী শ্যাম বিনোদিনী রাধা।

থনী বিনোদিনী বিনোদ কেশ আহা বিনোদবেনী বিনোদ বান্ধেগো। আহা মরি কিবা সোভা বেনীত ত্রিবেনী ডলে॥

( মান্নরা শককদবা )

শেমজরী নিংথিজবী রাধা (২)। নিংথিজবী রাধা। (৩)। শেমজরী নিংথিজবী (২) রাধা। শেমজরী শকী নিংথিজবী রাধা। ওসি নিংথিজবী তনৌজবী রাধা নোংবগী থজা নোবা হেনবরী। ওকপা কংনা নৈতেংজরী ন.উমসু ইলং লংলী॥

( তাঙ্কপ )

সাজে বিনোদিনী সখীগণ সঙ্গে কেশ আচরই সুবর্ণ চিরুনী ধরু। বিশাখা সুন্দরী কবরী বান্ধায়ে তাই দিল মালিকা ঝাপা। আজু সাজিত কমলিনী রাই ব্রজ নব যুবরাজ সঙ্গতি কাম। পিন কুচ্ছপর তরলিত মণিময় হারা। নীজ প্রাণ নাথ ভেবে (২) সাজ প্রেমেরী তরঙ্গে॥

( মান্নরা শককদবা )

শ্যামবু শুঙ্কাংলুসি শমজী শম্নুমসী শেম্বা শাবা লোইসী শোমনা থম্না নামনমুসী। শমজীদা সনাগী শমজীরৈদো থেংসী শঙ্কীংবা শানীংবা শাসী। ওসি শেম্বদা কজবা তাম্নসী ব্রজগী মমুংতো শ্যাম শুঙ্কাংনবা শেংসী। সনাগী লিকথাংনা মথল মথেল নাইহম্না শেমসী। ইভা চাম্নবী কৃষ্ণ (২) শোনসী শ্যাম্নু কাউগম্নুসী॥

## ( তাঞ্চপ )

সখীগণ বচনে বানাওল বেশ। বিরচির কবরী আচর নীজ কেশ। ভালহি দেয়ল সিন্দুর বিন্দু চন্দন লেখ সে'ভয়ে আধ ইন্দু। কত (২) আভরন সাজায়লী অঙ্গ হেরইতে মুরুছিয়া কতহু আনঙ্গ। মদন মোহন মন মোহিনী নারী জ্ঞান দাস কহে যাউ বলিহারী॥

## ( মায়না শককদবা )

সখীশিংনা কোইশিল্লে কিজেৎ লৈতেংগুক্লে। শমদা শমজেৎ হাৎলক্লে বেনীদো লোঞ্জরক্লে। থা মচেৎ শাহনা চন্দন্দো থোল্লে চন্দনগী থক্তা সিন্দুর পুমডাল ডাল্লে। কজ (২) খল্লহনা খুদোপ খুজী থোল্লে কোটি কায়া থৌগল্লবা শ্যাম্না ঙক্তা শেমলে। মদন মোহন শ্যামবু শুক্ষৎকে খল্লে কোমলগী পুক্লিং পেঞ্জনা শক্লে॥

## ( তাঞ্চপ )

ভ'লহি চন্দন তিলক বিরাজে শীথহি সিন্দুর মোহন সাজে। (২) লঘু (২) তরলিত হার বিরাজে নীল বসন তনু ঝাপী বিরাজে। পদ তল যাবক্র রাতুল রাজে। রাই মুখ নিরখি চান্দহি লাজে॥

## ( মায়না শককদবা )

লৈতেংলী চন্দন্না থাগী মচেং শানা কোকথক্তা সিন্দুর নমলিয়ে ডাংনা। (২)। ইলং ইসং নোংথাগুন্না লংলী শিক্লাংনা শংলবা শারিদ্ধনা থোল্লি নিংথিনা। চরণ থম্বাল অনীদা যাবক্লা ডাল্লে। মাইথোংবু উবদ, খাজনা লোৎলে।

( মেনকুপ )

মরকট মকুরে পশ্যতি বেশং মনশিজ মমুডে মাধব যুঞ্জে। শীরে চিকুর কবরী ভাল দিয়ে লম্বীত মাণিক্য হারা। চরণ উপরে সোণায় নোপুর যাবক চরণ তলে। দর্পন লইয়া পূনী রূপ হেরি সুনয়নী ধনী রাই নিরন্তরে কৃষ্ণ সঙ্গ মদাই বিভাবীতা॥

( মানন্না শককদবা )

শরং থানা ভমজবী শজীনা ইকাইবী শামু শাজৎ ভমজবী শ্যামু শুঙ্কাংলিবী। শমদা সনাগী শমজেৎনা হাৎ শমজী শমুন্দা শমজী বৈদো থেৎ। চরণদা সনাগী নোপুর থোল্লক্লে যাবকনা ভাংডান থোল্লে। মাংদগী মীংশেন্দা হুন্না য়েংজরক্লে থম্মোইমুংদা পেল্লক্লে মতম খুদিং শ্যামগী সেবাতবু নীংনা লৈজরক্লে।

( মেনকুপ )

রাই সাজলী কৃষ্ণ সঙ্গ লাগী ললিতা বিশাখা সনে রাই সুবদনী। চিত্রায়ে সখি তুরী ধরি করে কৃষ্ণ (২) নাম লেখই কস্তুরী কুঙ্কুম আগরু চন্দন শীথেতে সিন্দুর নয়ানে কাজর (এ) অতি সুবিরাজ॥

( মান্নবা শককদবা )

শেম শাজরী শ্যামু শোল্লহনা ললিতা বিশাখা মাউনা শ্রীরাধিকানা। চিত্রানা তুরী পায়না য়েক্সী হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না কঙ্কনা চন্দন্না থাগী মচেৎতো শানা কোকনা সিন্দুর মীৎতনা কাজর (এ) শ্যামু শুঙ্কাৎনা॥

( মেনকুপ )

ললাতে সোভা চন্দন আভা দেখিলাজে উর্দ্ধ চান্দ। তাম্র অর্ঘ পত্র যেন দমন করিতে সিদ্ধি পথে গজেন্দ্র সিন্দু বিধির ঘতনা সঙ্গ ইন্দু দেখি লাজে উর্দ্ধচান্দ। হেম কুম্ভ কুচ্চগিরি তাতে কৃষ্ণ চিত্ত হস্ত অস্ক রস্ত শৃঙ্খ রেখা রাখিয়াছে কৃষ্ণ চিহ্ন॥

( মান্নবা শককদবা )

মাইথোংগী থাদা চন্দন্না ঙাম্লে উরে লোৎলে নোংদোন থা। তাঙনা কংবী লেম্না ঙানবী তাম্না পোকচবী বন্দা লৈবী শামুনা ইকাইবী বিধিনা চেকশিন্না শেম্লবা রাধিকাগী মাইথোং থা। মেংঙ খুদিং শুম্মাংলিবী শ্যামগী প্রেম্না মুর্ত্তি ওইবী মহা ভাবনা লৈতেংলিবী লেমজৈ ঙমজৈ শরৎ থ॥

( যাত্রা )

মাধবে মাধব ত্যক্তা বাম স্বয়ং পরন্তপি। বাম পাদং বিনিক্রাম্যং যাত্রাং চকার ভানুজা॥

( মান্নবা শককদবা )

মাধব (২) শোম্লে ওইগী স্বর মেংজরক্লে। ওইগী খোংনা হাম্না থাংলে যাত্রা তৌহনা লেংঙক্লে॥

( যাত্রা )

নাগর বোলিয়া নোপুর পৈঢ়িয়া যাত্রা কৈল উঠি মাধব বোলি॥

( মান্নবা যাত্রা )

নাগর শোম্লে নোপুর পুম্লক্লে যাত্রা তৌজরকলে মাধব শোম্লে॥

( আভসার তাঞ্চপ )

সঙ্গিনী রঙ্গিনী চলরী বর রঙ্গিনী ওই বর রঙ্গিনী রাই প্রাণ বন্ধু সঙ্গ লাগী। সঙ্গিনী রঙ্গিনী। সঙ্গিনী রঙ্গিনী চলরী। রঙ্গিনী স্ব ভাগ্যবতে নব যুবতী সম বয়সী কত। গজবর গতী যিনি হে। রাই গমন দেখি গজ রাজ বনে গেলেগো। বনে গেলে গমন দেখি লাজে লুকাওল। গজরাজ দর্প গেলেগো॥

( মাল্লনা শককদবা )

ভান্নুনা পোকচবী রাধানী বাবটু ওংবী কুঞ্জবনগী লম্বীনী চান্নরবী শিংগা লেংওক্রে। ভান্নুনা পোকচবী। ভান্নুনা পোকচবী রাধানী। থাজনা ইকাইনা লোৎলী শজী মীৎতানী শ্যামসু শুঙ্কাৎলীবিনী। শাওং শাদা মান্নজরবী। কাংও থোংথাং ওস্বী শামুগী শাজৎ ওমজবী। বনগী উচেক-বান্নাশিংনা হরাউ-ভুজুংলিবী। লৈরঙ্গা নাপল মাওহনবী॥

( অভিসার তাঞ্চপ )

চলরী (এ) বর রঙ্গিনী (অ)। (৩)। চলরী বর রঙ্গিনী রাই ধনী ধনী (২) চলরী বর রঙ্গিনী বর রঙ্গিনী। মন্দ (২) গমনী। ব্রজের পথেতে উদয়। খঞ্জন পাখি যেমন রাই। দেখ সোণার মৃগী মন্দ (২) গামিনী। ব্রজের বালিন পথে দেখ সোণার মৃগী মন্দ মন্দ গামিনী॥

শ্রবন কুণ্ডল সুললিত কপোল কেউর কঙ্কঁন তাল বাজত কঙ্কঁন কিঙ্কঁনী কিনী (২) বোলে, হংসী গমনী ধনী চরণ যুগল যাবক রঞ্জন

কিয়ে নব রক্ত পত্র প্রফুলিত বলি বলি হারী। চলত বিপিনে কুণ্ডল মকরা কৃতি ঝলমলীয়া বাজত চরণ যুগল মণি নোপুর রুনু (২) ঝুনু (২) বোলে কৃষ্ণ প্রেম বিভুল হয়ে যাইতে নারে ধনী। শুনগো ললিতা প্রা'ণ বিশাখে কতদুর আছে গুনমণি। প্রাণ বন্ধু লাগী হয়া বন বাঁসী যোগিনী হইয়া রইব শ্যাম কুণ্ড তীরে ॥

( মান্নরা শককদবা )

লেংঙক্লে (এ) পুক্নীং হরাউনা (আ)। (৩)। লেংঙক্লে পুক্নীং হরাউনা শ্রীমতি রাধিকানা লেংঙক্লে পুক্নীং হরাউনা পুক্নীং হরাউনা। লেংঙক্লে পুক্নীং হরাউনা। তপ্না (২) লেংঙক্লে। ব্রজগী লম্বীদা ঙাক্লে। থম্বাং-চাকপূ ঙমজনা। য়েংঙু সনাগী শজীনা কাইদ (২) চৎকুম্মী। ব্রজগী লম্বীদা য়েংঙু সনাগী শজীনা তপ্না (২) চৎকুম্মী ॥

নাপদা নাইমা ইলং লংনা হাইরিয়ে খুজীনে খুদোপনে তাম্নে চেংলবা খাংদস্ত কিঙ্কিঁনীনা কিনী (২) হায়না নিল্লিয়ে। কাঙনা চৎপগুম্না চরণ অনীমক্তা যাবক্লা লৈতেংলী নোবদগী থোইনা নোনা কুঞ্জ তম্নচুনা লেংঙক্লীয়ে। খোং থাংবা খুদিংগী কুণ্ডম্না নোংথাংগুম্না ইলং লংলীয়ে শ্রীচরণ অনীমক্তা নোপুরনা খৌগল্লীয়ে কনু (২) ঝুনু (২) হায়না মবুংঙোগী প্রেম্না থল্লে কম্না চৎঙমদরে। চান্নবী ললিতে হে বিশাখে ফংলরোইরা ঐগী গুণমণি ইবুংঙোগীদমক ওইরগা যোগিনী বন্দা লৈজখিবনচুম খোইনা করগনী ॥

( অভিসার )

সমাণ বয়সী সমান রূপসী সমান (১) বেনী। সমান কঙ্কঁন সমান নোপুর সমান (২) পুষ্পের মালা গরুৱা নিতম্বিনী কুঞ্জর বর গমনী ভ্রমময়ি বালা প্রেম বিভুলে। কৃষ্ণ প্রেম ভরে ধনী (এ) বাউলিনী মত॥

( মান্নবা শককদবা )

শক্তমস্থ মাম্নেদো শাওংস্থ মাম্নেদো শমজী শম্বুল মাম্নেদো। খোংজি খুজী নাইন নাচোম মীয়েং নায়েং মাম্নেদো। মঙম শানবা ওমদবিনী ইকাই থিবিনী। পাঙ্গন্দস্থ শোনবী প্রেমস্থ ভাউবী। কৃষ্ণ প্রেমগী লঙ্গে ওইরিবী শ্যামবু শুম্নাংলিবী॥

( অভিসার মেন )

নব রঙ্গিনী ধনী আওয়েবনী। ব্রজরমনীগণ মুকুটার মণি। কুঞ্চিত কেশিনী নিরুপম বেশিনী। রস আবেশিনী ভঙ্গিনী। অঙ্গ তরঙ্গিনী অধর সুরঙ্গিনী। সঙ্গিনী। নব রঙ্গিনী (২) কুঞ্জরগামিনী মোতিম দামিনী। চঞ্চল নয়ানে নেহারিনী। আভরন ভারিনী নব অভিসারিনী অক্ষিল স্বহাগিনী। পঞ্চম রাগিনী মদন মোহিনী। রাস বিহারিনী হাস বিকাসিনী। গোবিন্দ দাস চিত্তে সোহিনী॥

( মান্নবা শককদবা )

নৌনা ফজবীশিংনা থোগল্লী কোয়না। তমজৈ শরৎকী থানা ওমজৈ মাইথোং থানা। শমলাংদা ঝাপানা ওরা নিরা

কজেনা। খোংজি খুজী তান্না লৈভেংলিয়ে ইলং লংনা। চোলোম্নী শাখেন্না চালিনী খোংথাংনা। তমজৈয়ে কাওজনা ইকাইয়ে শজীনা। তাংজৈয়ে লৈতেংনা হেঁথেয়ে নৌবনা। কৃষ্ণবু শোঞ্জবনা পোৎথাবদো ওইজৈনা। লুমজৈয়ে লৈতেংনা তপচৈয়ে খোংথাংনা। চাকচৈয়ে ব্রাথন্না ফুজেয়ে প্রেমতনা। কৃষ্ণগী নামতন্না শকচৈয়ে ঈশৈ ওইনা॥

## ( অওনবা )

চলিল রাধিকা নৃপতি বালিকা ভুবন পালিকা ধকুল মালিকা। চপল কুণ্ডল কলিত চঞ্চল নয়ন চঞ্চল কুণ্ডল (২)। মন হরিল। রাই রূপে দেখে। ভুবনসুন্দরী মদন মঞ্জরী অতি কৃষ্ণ ডরী ঘন পায়োধরী। ধৈরজ গ মিনী হরি বিলাসিনী বন বিহারিনী জগতে মোহিনী। ব্রজ নারী সব হরি কথারবে প্রবেসিয়া তবে দেখিল মাধবে। চরণ বাঙ্কিয়ে কৃতাঞ্জলী হয়ে শ্রীমুখ দেখিয়ে রহিল চাহিয়ে॥

## ( মান্ননা শককদবা )

লেংঙক্লে রাধিকা শারিয়ে ব্রারিকা লোয়নৈয়ে সখীগা খেৎলিয়ে মালিকা। শজীনা ইকাইবী ব্রাথম্না তম্নাংবী শাজংকী লেমজবী রাধানী লংলী নাসিকা। পুক্নীং হুরবিনী থানা লোৎসী-বিনী কৃষ্ণবু নীংবিনী নিংথোনা পোকপিনী যাবট্ট লৌবনী জগৎকী মবেম্মনী। লৈতেংনা তাংবিনা শামুগী শাজৎনী কাওগী

খোংথাংনী রাসগী মপুনী। কৃষ্ণগী থরাইনী বন্দা লৈজবিনী মাইথোং থাজনী শজীগী মীৎতানী। কোমল ননাইনী পামজনা শোনবনী লেংবীরো য়োরনী কুঞ্জদো ফংলনী॥

## ( অওনবা )

চলগীহ মৃগী নয়নী রাই কুঞ্জে কুঞ্জরাজ ভেতিতে। (২)। রাই পাদাম্বুজে আছে দিনমণি রাশি (২) গো ভুষাতে। দক্ষিনে ললিতা আগে কুণ্ডলতা বামে বিশাখীকা মধ্যে শ্রীরাধিকা। পাছে সহচরী সব ছারী (২)।

## ( মায়না শককফবা )

লেংঙক্লেদো শজী ঙমজবীনা কৃষ্ণ ফংগনী খন্দুনা। (২)। পাইরিয়ে খোইমু চরণ তন্না লৈহী চুপচগে হায়দুনা। য়েৎতনা ললিতা মাংদ কুণ্ডলতা ওইদা বিশাখীকা ময়াইদা রাধিকা। থোগল তৌরী কোয়না সখী পুন্নমক্লা॥

## ( অওনবা )

ধনী চলিলা গজ গামিনী ধনী চলিলা গজ গামিনী হংস গমনী ওইযে চান্দবদনী হাস্য বয়ানী। দক্ষিনে ললিতা আগে কুণ্ডলতা বামে বিশাখীকা মধ্যে শ্রীরাধিকা। পাছে সহচরী যেন তারানন্দী যেন ষোভে পুর্ন্ন চান্দের চান্দনী। ভাবিতে (২) ভাঙ্গিল বান্ধা বেনী বোলে কতদুর আছে গুণমণি বোলে চণ্ডিদাস পুরন হবে আশা যাউ (২) কুঞ্জে কুঞ্জর গমনী॥

( মান্নমা শককন্দবা )

ধনী চৎলিয়ে পুক্লী· ফরাউগ্ম ধনী চৎলিয়ে কাইদ কাইদনা কাওঙ খোংথাংনা শ্যামগী বারী শাহুনা নোমনোম রাধিকা। য়েৎতনা ললিতা মাংদ কুণ্ডলতা ওইদা বিশাখীকা ময়াইদা রাধিকা। শরৎ পূর্ণিমাবু থবামীচাকশিংনা কোয়বা মাল্লিগবা ফজৈদা রাধিকা। মুংঙাইজে রাথম শোজে শ্যামবু পেয়া কয়াম রাৎলী হায়না হংজে তোয়না (২) হায়জে কোমলনা খোইনা লাপুরেনা লেংঙো কুঞ্জ য়োরনী রাধিক.॥

( সুত্র )

ঐছেন চলিয়া রাই পাইল নিভৃত। রাই আগমন জানি নাগর উঠিয়া বোলে আইস (২) প্রেম ময়ি রাধে। এইমতে দুহে দুহা দরশন ভেল সব দুঃখ গেল সখীগণ ঘেরত চৌদিগে হেরত করল পয়ান বন মাহ॥

( মান্নবা সুত্র )

মতৌ অসুম তৌনা লেংঙকপনা ·য়োরক্লে নিভৃত। ইবেম্মা লেংঙকপা উবদা ইবুংঙোনা লেংশিল্লকউ (২) ইবেম্মা। অসি হায়দুনা তরাম তরাম্ন কৌশিঞ্জে ইবুংঙোনা। মতৌ অসুম ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক উনরে পুক্লী·গী অৱাবা পুম্নমক কোক্লে। সখীশিংগা লোয়নননা কুঞ্জগী মনুংদা রাধা শ্যাম অনীনা পুক্লীং মুংঙাইবগী মপাল নাইখিদরে॥

( দর্শণ )

অপরূপ রাধা মাধব মীল। দুহে দুহা দরশন উলসিত

ভেল। দুহু দিঠি দুহু মুখ অবধি নাহিক সুখ পুলকে পুরল দুহু তনু। চৌদিগে সখী ঠাত যৈছেন চান্দের হাত তার মাঝে সোভে রাধা কহ্নু॥

(মায়না শককদবা)

উনরে রাধা কৃষ্ণ অনীদো। থম্মোইমুংগী অরাবদো লোইনা মাওখরেদো। অনীমক্তা মাইথোং থাদো অমনম্ম হেন্দেদো অমনম্ম রাৎভেদো মায়জৈদে। সখীশিংনা কোয়শিল্লীদো থরামীচাক ওমজরীদো অনীমক্তা মুমীৎ থাদো ওমজরীদো॥

(সুত্র)

বনের সুন্দর দেখি মৃদু (২) হাসি যন্ত্র সাজাতে গেলা বিবিধ যন্ত্র অনিয়া মণ্ডলী সাজিয়া তবে দুহু নর্ত্তন করে এ উদ্ধব দাস গুণ গায়॥

(মায়বা সুত্র)

বনগী ফজবা উবদা মোমোন (২) নোক্লা (২) যন্ত্র থম্বা মফমদগী মথল মথা অয়াম্বা যন্ত্র লোথোরক্লে। মতম অসিদা সখী পুম্নমক্লা থাগী মকোই শানা কোয়রে রাধা শ্যাম্বা মণ্ডলী ময়াইদা জগোই শাবা হৌরক্লে॥

(রাস লীলা)

সুখ বৃন্দাবন যমুনা পুলিনে প্রফুলিত বনে তাহে খেলতি বনমালী। ব্রজ যুবতী মেলী ঘন করতালী। মালিকা মালতী

সেকালিকা যুতী তাহে গুঞ্জত ভ্রমরা ভ্রমরী সৌরভে লম্ভিত মন। বামে বৃষভানু সুতা যৈছে নব হেম লতা নৃটস তাম্বুল লেই প্রিয়ার বদন দেই॥

( মানন্না শককদবা )

ফজে বৃন্দাবন কোয়শিন্নী যমুনান শাৎলী লৈথন শুনা কোইশিন্নীবনী উরিভনা। ব্রজ গোপীকা শিংনা পুক্লীং হরাউজেনা। মালিকা মালতী যুতী সেকালিকা শাৎলী লৈহী পাম্বনা খোইমুম্ব ওংলরী পেঞ্জনা লৈনা (২) পাইরী। ওইদা ভানবা রাধিকানী তনৌ (২) নিংথিবনী জগোইদা পামজবা শ্যাম্নি চোংনা লৈনা নৌনা খোল্লী॥

( রাস লীলা )

নব নায়রী নব নায়র নব নৌতুন নব নেহা। আঁখি (২) নিমীখে (২) বিছুরল নীজ দেহা। নব নৌতুনগণ নৌতুন নব নৌতুন সখী গানে। তাদিগ (২) থো (২) দিগতা ফুকরই সখী বামে। নব নৌতুন রস কেলী রভস নৌতুন গতি তালে। চঞ্চল মণি কুণ্ডল চল চঞ্চল পতবাস। দুহে দুহা ধরিয়া নাচয়ে হেরত আনন্ত দাস॥

( মান্নবা শককদবা )

নৌনা ফজবী নৌনা ফজবা অনী লোয়ননা জগোই শারী। রীৎকা (২) চায়না (২) লৈনা থেক্র জগোই শারী। নৌনা লেমজবী নৌনা মথোৎ কারবী গোপীনা মকোয় শারা। শারিবা

জগোই খোংথাং খোংলোন চানা বিশাখানা পুংলোন য়ৈরী। রসস্থ নৌই জগোইস্থ নৌই পুক্নীং প্রেমস্থ নোহৌনরী। পুং-খোনস্থ নৌই ঈশৈশু নৌই মু'শিনা যন্ত্রস্থ খোংলী। অনীমক্তা নৌনা জগোইদো থোক্লী কোমলগী থম্মোই পেক্লী॥

## ( রাস লীলা )

শ্রীরাধা গোবিন্দ মোহন নাচেরে। শ্রীরাস মণ্ডলী মাঝেরে। শ্রীনন্দের নন্দন ব্রজের জীবন চূড়া বামে হেলে। ত্রিভঙ্গ হইয়া মুরলী লইয়া নাচে হেলে দুলে। তাথৈয়া (২) তিনিথিতিঝা (২) ঝাঝিয়া তেরে খেতে ধা তৎক্রাং'ন ধা মাঝেরে। বিশাখা সুন্দরী মৃদঙ্গ ধরি কোই সুচাতুরী নানা যন্ত্র ধরি। হারমণি বিনা ইসরাজ ঝাঁঝরি শঙ্খ করতাল বজাই মণ্ডলারি॥

## ( মান্নরা শককদবা )

শ্রীরাধা কৃষ্ণনা জগোইদো শারক্লে। শ্রীরাস মণ্ডলা মুমীৎ থাগুম ওাক্লে। নন্দগী মচা ব্রজগী থরাই চূড়া পৈরপ থোক্লে। মথেক অহুম থেক্লে মুরলী থোক্লে লৈনা চোংনা থোক্লে হুমাং পুমচোৎ চোৎলে। তা থেস্তা তা থেস্তা তত থিৎত ধা তেস্তথিৎত ধা তৎগ্রাংন ধা য়ৈরক্লে। হৈশিংবী বিশাখা য়ৈরীয়ে পুংলোন অতৈ গোপীশিংনা যন্ত্র খোংলে শক্লে। হারমণি বিনা ইসরাজ ঝাঁমরী শঙ্খ করতালগী খোঞ্জেম্মা পুমনিল নিক্লে॥

মতাং অসিদা তাম্মুমনচিংব: শকপা য়াই হায়না ওঝাশিংনা

তাকপীরম্মী। অহুবু হায়রিবা ঈশৈ অহুদি বসন্তগী মতাং অমসুং তান ইজবগী মরক্তা য়াউগ্রে হায়রুনা মকম অসিদা ইজগ্রে॥

( তাঞ্চপ )

ত' তা থৈয়া থৈয়া তিনি খিতি তিনি খিতি ঝা। চন্দ্রবদনী নাচত দেখে। রাই নাচেরে শ্রীরাস মণ্ডলী মাঝে। বন্ধু পানে চেয়ে চেয়ে। থোর লাগী ঝিনী ঝিনা বাঝে লাগী ·ঝিনী ঝিনা তত থোই থোই থোই নাচেরে শ্রীরাস মণ্ডলী ওই তাতা। বৃষভানু নন্দিনী কৃষ্ণ সুখ স্বরূপিনী। মহাভাব স্বরূপিনী কৃষ্ণমন মোহিনী।

( মান্নবা শককদবা )

তা তা থেন্তা থেন্তা তেন্তাং খিৎতা হায়না মৈরোদা। রাধা শ্যাম্মা শাবা জগোইদা। রাধিকানা শ্রীরাস মণ্ডলগী মরাইদা। শ্যামু চি'না য়েংনা য়ে'না। থেন্তা খিক্কেং ঘিন্তে' ঘিন্তা' তেন্তা খিক্কেং ঘিন্তেং ঘিন্তাং তা তা থেন থেন থেন জগোইগী তাঞ্চপা চানা তা তা তা হায়না। ভানুনন্দি পোকচবী শ্যামগী থম্মোই পেজহল্লিবী। মহা ভাবনা লৈতেংলিবী শ্যামগী পুক্নীং শুক্কৎলিবী॥

( তাঞ্চপ )

তাধিং তাধিং হরধিং হরধিং নাচে রাধা মাধব। (১) বিশাখা প্যারী মৃদঙ্গ বাঝে নাচে লাল ললরী। তাধিং তাধিং ধিগিতিনি নাদ কুর্ব্বন রাসে পরমুর যোয়ং রাসৈ রাসা মতি ছয় হুইং নিন্দি ভুল্যাং সুরবনী তাকিং তা তা ধিং তা তাধিং তা॥

( মান্নমা শককদবা )

তাধিন তাধিন ধিনগিন্নধিন ধিনগিন্নধিন ধিন থেং তা তা ঋৈরক্লে। (২) বিশাখা কৌবী পু'ঋৈবা হৈবী পুংলোন কম্না ঋৈরক্লে। তাধিন তাধিন ধিনগিন্নধিনতেং তা তক জগোইগা চানা কম্না কম্না ঋৈরে রাধা শ্যাম্না থেক্লা নৌনা শারে ব্রজগোপী পুন্নমকপ্ন শারে তা তা ধিন তা তা ধিন তা ॥

( রাস বিশ্রাম )

নৃত্যশ্রমে কৃষ্ণ অঙ্গে নীজভূজদিয়া। বিশ্রাম করিলধনী অতি হরসিয়া। চর্বিত তাম্বুল শ্যাম মুখপদ্ম হইতে রাস নৃত্য সুখে দিল রাধিকার মুখতে। প্রিয়ার পরস পায়া শ্রীকৃষ্ণ শরিরে পুলক হইল পুর্ন অত্যান্ত নিবিঢ়। তবে প্রবেসিয়া দুহুঁ কুসুম সয়নে। নীজ নীজ কুঞ্জ মাঝে রহি গেল সখীগণে ॥

( মান্নমা শককদবা )

রাধা শ্যামগী জগোই লোইরে হুমাং শিগুনরে। অনীমক্লা পোৎথানরে থম্মোই পেন্নজরে। রাধিকাবু থাগৎপীরে শ্যাম্না চুম্বন পিনবীরে জগোই কজে হায়রদুনা পাম্না চহুম ইনশিনবীরে। সখী শিংসু হরাউরে অনীমকসু পেন্নজরে মোমোন নোকুজরে কুঞ্জবনগী লৈতেং ওইরে। রাধিকানা থোগল ওটরে নুমীৎ থাগুম ডাম্মোইবীরে। সখীশিংনা থোগঞ্জরে প্রেমগী পাম্বী ওইনা কৌরে ॥

মতাং অসিদা যুগল রূপ কয়ামকম শক্কদবনী অহুবু ঈশৈ অহুদি মতাং অমদা মপুং ফানা য়াওাথবনা মকম অসিদা হেজজে ॥

করেধরি গিরিধর অনিল কুঞ্জে। রতীরসে পুরল দুহুঁ মনরঙ্গে॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধা শ্যাম্মা নিভৃতদা লে'শিন্নে হরাউনা। কাম রতী লীলা রস শান্নে মপুং ফানা॥

( সম্ভোগ )

কুঞ্জ মুখ সদনে পুষ্পরতী সয়নে পিয়া পরিরম্ভন কেলী। চুম্বতী বদন রঙ্গ অতি রমনে ভুজে ভুজে বান্ধল মেলী। তরুন তমালে তরিত লতা কুলে বেঢ়ল সোভিত যণু। সুন্দর বদন ঘাম বিন্দু সোহন পুলকা বলিত দুহু তনু। কিঙ্কিঁনীর নাদ কঙ্কঁনের সব্দ ঝন ঝন মঞ্জির বাজে। পুরল বদন বৈঠল দুহুঁজন বিআ ভিত বেশ সব সাজে। বাইক বদনে কেরী অবলোকনে ছল ছল লোচন পানী। রাধা মোহন কহুঁ কৈছেন হৃদয়ে সহ নিমীখ বিয়োগ অনুমানী॥

( মান্নবা শককদবা )

কুঞ্জবনগী মনুংদা নিংথিজবা সজ্জাদা রাধা শ্যাম্মা পুন্না শান্নরে। থম্মোইগা থম্মোইগা প্রেম্নু প্রেম্না পুল্লিয়ে অনীমক্কা অমত্তুদো ওইরে। অনোবা তোমান্দা উরীনা য়েৎপগুম্নে রাহোংগা লিনশিংগা শান্নরে। নোংশানে শঙ্কীন কয়া লুনা চান্নরে রতী প্রেমগী লীলা মপুং ফারে। শরিক খোংজি থুজীনসু লীলা মতেং পাংনরে মহৈ মহৈ খোঙ্গোক্লা খোগম্নরে। রতী কামগী

লীলা ওইয়ে। রাধা শ্যাম্মা শাম্নরে প্রেমদ্দা প্রেম্না ঢিম্লে পুন্নখরে। শরৎ থাগী অমৃত নোংইন মানা ফংজরে জীবশিংগী লম্বী ওই-হনবীরে। তোল্লবা কোম্বলগী থম্মোইতনা পামজরে রসশিবু ঊশৈ ওইনা শকচরে॥

মতাং অসিদা প্রেম কেলী কয়ামকম শরুন্দবনী শক্ত বস্থ রাই অদুবু ময়েক্তি মুংখিলগী এক্তাংদা ইজরবনি॥

( স্বাধিন )

রতীরন অবসানে বেঠল দুহুজনে বেশ ভুষন করিসাজে। সেবা পরা সখীগণ দুহুঁজন সেবন বুঝিয়া সময়ে সব কাজে। কোই সখি করসিত দেই জল সুবাশীত কোই সখি চামরে ধুলায়ে। গাঠিয়া মালতীর মালা পড়াইল দুহুঁ গলা কোই সখি তাম্বুল জুগায়ে। রাধা কৃষ্ণ শ্রীচরণে মৃদু মৃদু সম্বাহনে কোই সখি মনোরথ পুরে। কহ কবি শেখর রাই কানু সুন্দর কবে হব নয়ন গোচরে॥

( মান্নরা শককদ্দবা )

মপুং ফারে রতী লীলা লৈতেং পুম্বা শেম্লে হন্না লেংশিল্লে আসোন্দা রাধা শ্যাম্মা। অনীমকী প্রেমগী সেবা মতম খংবী সখীশিংনা তৌজরক্কে থৌগল মপুং ফানা। কনাগুম্বী সখীশিংনা থম্মোইমুংদা হরাউজেনা চামর থৌগল্লক্কে তপ্না তপ্না নিংথিবা মালতী মালা হুকচরে থম্মোইদা পেম্না নীংবা থুংজে সখী

পুন্নমন্না। মীংজৈ ননাই কোমসনা রসসিন্ধু পাম্বজম্বনা শকচ নীংঙ্ডি তোন্নবা পেন্না পেন্না ॥

## ( জলকেলী )

অঙ্গ বেশ সম্বরিয়া বিশ্রাম বাহিরে তাভে সুখ কহন নাযায়। হেম পদ্ম নিয়জীয়া অদ্ভুত নিলাজ যায়া পদ্মিনীরে রস কেলী চায়। মেলীয়া পঙ্কজ গণ কৈলজল গাহন জল ক্রিয়া কয়য়ে অদ্ভুত। তীরে উঠি ভুষা করি ভুজন করিল হরি ততপর রাধা সখীযত। কুসুম সাজ্জাতে দুহুঁ সয়ন করিল রহুঁ তাম্বুলাদি সেবে সখীগণ। কেহু পাদ সম্বাহন কেহুঁ করে ব্যজন সেই সুখ কহন নাযায় ॥

## ( মান্নবা শককদবা )

সখীশিংগা লোয়নজনা হয়াউ হরাউ রাধা শ্যামা শাস্নরীয়ে জলকেলী। থম্বাল মনী শাংলি পুন্না বিথিনা শেমলী অওকপা ফংনা থম্নান থম্বানবু য়োমশিনবা মাল্লি। কোইশিল্লি সখীশিংনা চাইশিল্লি ঈশিংনা থাংজরুইয়ে রাধা শ্যামা সখীগী মাংদা চেন্নগে নীংলী। কংকান্দা লেংথংলে অনীনা লৈভেংনরে অমুক হন্না বনগী উহৈ-রাহৈ হাননবা কংলী। উহৈদো হারে মুংঙাইনা পোংথানরে সজ্জাদা লেংশিল্লে সখীনা থোগল্লে। কনানা চামর কনানা হুমাই কনানা চরণ থোগল্লক্লে ॥

## ( প্রার্থনা )

জয় জয় রাধা রাধা মাধব জয়। অরিত নবঘন কিয়ে মণি

কাঞ্চন কুবলয় চম্পক বিভর চম্পক বিভর। কিয়ে সোভা শ্রীবৃন্দা বিপিন মাঝে মণিময় লতা কুঞ্জে (২) মদন সেবিত দুহাকার। ললিতা বিশাখা ছলে কোই সখি আত্মার্পনে দুহুঁ আগে সেবা পরচার সেবা পরচার। কিয়ে সোভা নরসিংহ অনুচরী চান্দ মুখ হেরী হেরী (২) কোই সখি তাম্বুল জুগায়। কোই অঙ্গে চন্দন লাগাই কোই চামরে ধুলাই কোই সেবন দুহুঁক সেবন দুহুঁক পায়॥

## ( মান্নবা শককদবা )

রাধা গোবিন্দগী চরণ থম্বান্দা চংজৈ। (১)। থনবীমু তোল্লবিনী হৌনবী থংদবিনী (ই) শ্রীচরণগী সেবাদ পামজৈ সেবাদদি পামজৈ। করা ফজৈ নিংথিজবা বৃন্দাবনগী উরীতনা শেম্ব কুঞ্জ (২) মণিনা শেম্ববুদি হেন্না ফজৈ। ললিতা বিশাখা-নচিংবী ব্রজগোপীশিংনা (আ) রাধা শ্যামগী চরণদা (আ) হন্না হন্না হায়জৈ। কনাগুম্বী সখীশিংনা শ্রীঅঙ্গদো ঈংনবা (আ) মুংশিরবা চন্দন্দো (২) হরাউনা থৌগজৈ। চংজরীরে চরণ থম্বাল অনীমক্কী ননাইগী ননাইদো ওইনা (১) তোল্লবা কোমললনা লৈবা পামজৈ॥

## ( লালাসা )

রাধা কৃষ্ণ সেবন মুঞ্রিও জীবনে মরণহে (২)। জীবনে মরণহে। মদাশা চাতকীপ্রায় ঘূর্ম্ন স্তেব তরির্ধন জীবনে মরণে যাপি রাধা কৃষ্ণ গতির্মম। কৃষ্ণ প্রেমমরি রাধ। প্রেম মরোর্হরি

জীবনে নিধনে নিত্যং রাধা কৃষ্ণ গতির্ম্মম। তার স্থানে তার লীলা স্মর রাত্রি দিনে। যে খানেযে লীলাকরে যুগলকিশোর। সখীর সঙ্গিনী হয়া তাতে হউ ভর। শ্রীরূপ মঞ্জরী পাদ সেবে নিরবধি তার পাদপদ্ম মোর মন্ত্র মহৌসধি। শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী মোর কর দয়। জণ্মে (২) দেহ মোরে পাদ পদ্ম ছায়া। শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী কর অবধান। অনুক্ষনে কর তুয়া পাদ পদ্ম ধ্যান। বৃন্দাবনে নিতি (২) যুগল বিলাস। প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম দাস॥

## ( মায়না শককন্দবা )

রাধা কৃষ্ণ অনীগী চরণ সেবাদো পামজৈ ঐনা রাধা কৃষ্ণ অনীগী চরণ পামজৈয়ে ঐনা। সেবাদো পামজৈনা। (২) নোংগোবীগুম খোয়াংজনা পামজরুইয়ে থম্মোইতনা পোকপদা শিবদা মানা পাঙ্গল ওইনী খঞ্জহনা। শ্যামগী প্রেয়্সী রাধিকানা রাধাগী প্রেয়্সী শ্রীহরিনা হিংগুস্ত শিরস্থ ঐগী পাঙ্গল ওইরী অনীমক্লা। মকমতুদা শায়বা লীলা য়'ওজনীংঙি ঐনা। রাধা শ্যাম্না শায়রীবা অহিং-নুংথিল চুপ্পা। সখীশিংগী লোয়নবী ওইনা উজনীংঙি ঐনা। মাগী চরণ থম্বাল অনীনা মন্ত্র ওইজৈ ঐনা শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী খোজানবীযু লেপ্পা। মপোক (২) খুদিংগী চরণ ফংজনীঙি ঐন। শ্রীরূপ মঞ্জরী দেবী নুংশিবীয় নংনা। মতম খুদিং চরণ থম্বাল নিজৈ নন'ক ঐনা। বৃন্দাবন্দা নিতি খুদিং শায়ে অনীমক্লা। হায়জরীয়ে তোল্লবা কোমল সিংহনা॥

( মনশিক্ষা )

অজমন শয়মন (২) নিভৃত নিকুঞ্জে শয়মন নিভৃত নিকুঞ্জে। কনক দ্রবের কান্তি স্নিগ্ধ মেঘবিণি দ্যুতি দুহুঁ কান্তি দুহুঁ অঙ্গ মাজে। নব কিশলয় সেজ নানা চিত্র কেলী রাজে আনন্দ মগন দুহুঁ অঙ্গে। বলয়া নোপূর ধ্বনী কিঙ্কিনী সব্দ শুনী দুহু করে কত রসরঙ্গে। ক্ষনে যাহা অনুমতী ক্ষনে তাহা বিপরিতি ক্ষনে কয়ে প্রিয় বাক্য ভাস। পুনরপি লালস গোপচ হৃদয়ে ভাব কহে রাধা বল্লভ দাস ॥

( মানয়া শককদবা )

নীংজহৌসি য়োজহৌসি মেংজহৌসি নিভৃত নিকুঞ্জ য়েংজ-হৌসি নিভৃত নিকুঞ্জ। মণি মন্দির মনুংদা মণিগী সিংহাসনদুদা রাধা শ্যাম্মা তাহ্নোইবিরী হায়নৈ। নৈগী সজ্জা কজৈ হায়নৈ প্রেমবু প্রেময়া পূন্নি হায়নৈ মীংগজবা মরী হায়নৈ। থোংজি খুজী কিঙ্কিনীগী মখোল তাবা কংণ্ডি হায়নৈ লীলা অদো উবা কংণ্ডি হায়নৈ। মীকুপ খুদিং নৌই হায়নৈ প্রেমগী পাম্বীনিস্থ হায়নৈ মুঅীৎ থাবু হেন্না ওান্নি হায়নৈ। রতী কামগী থৌগল ওইজে সখীশিংগী নীংবা থুংজে তোল্লবা কোমললা শোজৈ ॥

( শুভন )

শুভলী দুহুজন নিভৃত (২) নিকুঞ্জে। নিচল সমিরন নিচল নব পল্লব আপে পরল ফুল পুঞ্জে। সখীগণ নীজ (২) বসতি চলি যায়ত শুভী রহল মন রঞ্জে। শারী শুক পিক কপুট নাহি বোলত ভ্রমরা ভ্রমরী নাহি গঞ্জে। সবহু চরাচর নিন্দ ভয় যায়ত নিসব্দ

ছেন্দ্র বনমাহ। শ্যাম চিকণ কান্তি দিবস পতি নন্দিনী মন্দ (২) কর পর বাহ। কেলী মণি মন্দির নিকটে তঁহি সুতলী সেরা পুরা সহচরী বৃন্দ। কোই কিশোরী সখি ভরি ধরি করযুগে ব্যজন ধুলাওত মন্দ। শ্যাম করেধরি সুতলী শরদ শশী মরকত কাচ্চা সোণা হয়ে। নিভৃত নিকুঞ্জ মাঝে সুতীয়াছে দুহুজনে দীন হীন নরোত্তম গায়ে॥

## ( মান্নরা শককদবা )

চেপখরে রাধা শ্যামা নিভৃত কুঞ্জদা মুংঙাইনা। হুমদরে মলয়াস্থ লেংলরে উনা বানাস্থ কুঞ্জসে পুমচিক চিকখরেনা। সখী-শিংস্থ মাগী মাগী চৎনখরে কুঞ্জতম্মা লোইনমক তুমলে মুংঙইজনা। চোংঙা ভেনরা কোকিল উচেক পুম্বা খোংদরেনা খোইমুশিংনা ওংবা লেপখরেনা। অচৎ চন্ত জীব লোইনা তুমীন (২) তুম্নরেনা রাধা শ্যামস্থ চেপ্লে নয়ন য়াউনা। খোপন্দা ঙাইজরম্মী মনুংচনবী সখিনা হুমাই খোগজেয়ে তপ্পা তপ্পা। কনাগুম্বী সখিনা মন্দিরগী নাক ওইনা লৈনখরে তুমদুনা মুংঙাইনা। কনানা কাংহাই চামর খোগজেয়ে তপ্পা তপ্পা কনানা হুমাই খোগজেয়ে। শরৎকী পূর্ণিমানা মরকত মণিদুনা পুম্না ঙানবগুম্বা ঙানবনীনা। ভোয়ান্দা লৈহাউ শাৎকুম্না তুম্লীদোসে অনীমক্না শকচরীয়ে পেম্না কোমলনা॥

শ্রীরাধা গোবিন্দ ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা ( সুভন ) চেপ-খিবা মতাং অসিদা ওঝাশিং লাইগুরুশিংনা শৈশক অনীগী লোইরে অমুম্না তাকপিরমী। ওঝাশিংগী য়াথং মতুংইম্না মতাং

মাইকৈ ভমলে রাধিকানা ঈ'না লাক্লে। সূর্য্য কুণ্ড য়োজরক্লে সূর্য্যদেব থুকম্মাক্ল। সূর্য্য কুণ্ড থাদে'ক্লয়ে বন্দা লেঙশিন্নক্লে॥

( কালেন অভিসার )

ঐছে (এ) রাইচলে ভরু (২) শায়ে বন্ধুর গুণ গায়ে (২)। মনোরথ রথ চড়িচলে রস ভরে। পবন চালন হেম কমল রাই যেন ভলমলয়ে। ব্রজের কঠিন বালিন পথে চলিতে চরণ বাধে। রূপ পুর্ব্বা শ্রীমঞ্জরী নীজ বস্ত্রাঞ্চলে ধরি শায়া দিয়ে ঘিরে (২) রাই। নীজেশ্বরীকে রবির তাপে॥

( মান্নমা শককজবা )

ভপ্না (আ) লেঙঙক্লে উরুম থুদিং য়েংজৈ মবুংঙোগী নাম্বু শোজৈ। মুংঙাইজবা রাখন্দুনা ভাউজৈ শ্যাম্বু শোজৈ। মলয়া মুংশিৎনা লিরী হুমজৈ কাইদন। ঈংনা থৌগজৈ। ব্রজগী লম্বী নুংগাইমা থজৈ লেঙবদা চরণদা রাজৈ। শ্রীরূপ-মঞ্জরী মরী সেবাদদি লুচিংবিনী মবেম্মগী মৈশা কঞ্জবিনী। থৌগনবদো পামজবিনী॥

কুঞ্জর বর গমনী রাই (২) কুঞ্জে কুঞ্জরাজ ভেদিতে। কিবা গগনে তরাবলি আলা অবনীত আহেরিনী বালা। গাইতে মাথে বেনী ডলে গোকুলচন্দ্র গুণাবলি॥

( মান্নমা শককজবা )

কুমগী মাইকৈ ভমজরীন। (২) কুঞ্জ রাজ উজনীংবনা।

থরামীচাকীলক্তা থাজগুম্না সখীশিংগীলক্তা রাধিকানা। শক্লীরে পেম্না সখীশিংনা কৃষ্ণগী নাম্না ঈশৈ ওইনা॥

নিত্যসেবা অনুচরী শ্রীরূপ মঞ্জরী সখি মন্দ (২) চামরে ধুলাই। বেড়িল তরুনীবালা যেমন চান্দের মালা কৃষ্ণ গুণাবলি গাই যাই। বন্ধুর ভাবিনী প্রেম তরঙ্গিনী। হাস বিকাসিনী। রাস বিহারিনী। কৃষ্ণ প্রেম ভরে অঙ্গে জ্বর (২) আভোরন ভারী চলিতে নাপারে॥

( মাল্লনা শককদবা )

নিত্তি খুদিং থৌগঞ্জবী শ্রীরূপ মঞ্জরী কৌবী তপ্না মানা চামর থৌগল্লী। সখীনা থৌগন্দো ভৌরী থাগী মচেৎ শানা কোয়রী তোয়না (২) কৃষ্ণ শোঞ্জরী। কৃষ্ণবু খঞ্জবী প্রেম্না ঈথক হোবী। কৃষ্ণবু শুম্নাৎপী। রাসবু শান্নবী। কৃষ্ণ প্রেম্না চাক্লে হকচাং হাকোইরক্লে লৈতেংনস্থ লুমলে চচ্চবা ওমদরে॥

মণি কুণ্ডল মকরা কৃতি দুই গণ্ডস্থল ঝলমলীয়া। পশুপক্ষি কুল পূলকিত অঙ্গ নোপুর ধ্বনী শুনিয়া। রুনু (৩) ঝুনু (৩) ঝনন ননন ননন্না। কাহ্নু নীলমণি ভেদিতে রাই কমলিনী যাইরে যাইরে। চঞ্চল নায়ানে চকিত চাহনী তমাল মানয়ে কৃষ্ণের মুরুতি। তমাল শাখা দুই দিগে বাঁকা নীজ প্রাণ নাথ ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমা রূপ মনে মানী। তমাল বরন দেখি শ্রীকৃষ্ণ মানিয়ে রাধা সেইত

তমাল করে অলিঙ্গন প্রেম তরঙ্গিনী। প্রেম বাউলিনী রাধা বিনোদিনী প্রেম বিভুল হয়ে মুখে কৃষ্ণ (২) বোলি মন্দ (২) গামিনী। মন্দ (২) করয়ে গমন। কুঞ্জের পথে কুঞ্জরগমনী॥

( মান্নবা শককদবা )

মণিপী নাইমা নাপদ হাইরী ইলং (২) তনিক তনিল্লা। শাওং মানৈবা শাথেক মানৈবা মীৎয়েং নায়েং মানৈবা। থাং-ঙকপা খোংথাংনা কাওওবু ঙমজনা লেঙঙল্লী নিকুঞ্জ তমহুনা। শ্যাম্বু উনগনী নীংজরে শ্রীরাধিকানা হয়াউজরে। রাথমা ঙাউ-জরে তথল্লা য়েংজয়ে তোমানবু উরুয়ে কৃষ্ণনী থল্লুয়ে। তোমাল মশা অদো উজরুরে নন্দগী মচা মবুংঙোমল্লী হায়না নীংজরুরে। তোমালগী ক্তজবা উরে কৃষ্ণনী শোয়দরে পুল্লীংদা লেপ্লে চংশিল্লে কোল্লুরে কৃষ্ণদি নত্তরে প্রেম ঙাউজরল্লে। প্রেম্না ঈথকহৌরে থম্মোইমুংদা চাল্লে প্রেমদা তাউজরল্লে ( রাধা ) কৃষ্ণ (২) শোল্লে তপ্না (২) লেঙঙল্লে। তপ্না (২) লেঙঙল্লে রাধা। কুঞ্জগী লম্বী কুঞ্জ য়ৌননবা॥

রাই গমন কুঞ্জ কানন কুঞ্জর গামিনী মোহিনী দামিনী। কুঞ্জে কুঞ্জরাজ ভেদিতে যাই। থমকী ছান্দে মদন কেন্দে ওমী যায়য়ে (২) যাই। ছুইতি অক্ষি মদিয়ে দেখি মুরুলী বদন নবঘন শ্যাম ভাবিতে (২) চিক্কণ কালা যাইতে নারে সে প্রেম জ্বালা। যাইতে নারে ধনী অভোরন ভারি আর কৃষ্ণ প্রেম জ্বালা (২)॥

## ( মান্নরা শককদবা )

রাধিকা কুঞ্জ তম্না কোয়শীল্লে সখীনা লেওওক্লে হরাউনা।
কৃষ্ণ কুঞ্জ বন্দা উননী হায়না। শাজৎকী ঈপোম মাল্লিনে
চোলোম থেৎলী জাতীকপ্পী নাচোম। থাজবু ওমজৈ থম্বাম্না
তমজৈ প্রেমতনা চাকচৈ থম্মোইদা লেপচৈ খঞ্জরে শোঞ্জরে
চিক্কণ কালা শ্যামগী প্রেম্না চৎওমদে কম্না। চৎপা ওমদে কম্না
লুমলে নৈতেংশিংনা চাক্লে কৃষ্ণ প্রেম্না থোইনা (২)॥

সমান (২) পদ চালনী সমান (২) গীত গায়নী। পঞ্চম
রাগিনী গাই সপ্ত স্বর তিনগ্রাম সারে গ ম পধনী সা। সমান
কটিতে কিঙ্কিনী সমান ভুরুর ভঙ্গিমা সমান (২) ব্রজ গুরালিনী।
সমান কর্ণেরী কুণ্ডল সমান স্বর্ণেরী ঝাপা সমান (২) পিঠে বেনী
ডলে। প্রেম' কিনীব বোলি কিনী (৩) বাজেরে। কৃষ্ণ প্রেম।
বৃন্দাবনে প্রেম বাজারে॥

## ( মান্নরা শককদবা )

শাওং শাদা মান্নজবিনী রাঙাং রাতা মান্নজবিনী। প্রেম-
তনা ওাউজবিনী মবুংঙোবু ফংজগনী থঞ্জত্নুনা লাকচবনী। পুনবদা
মান্নবা কিঙ্কিনী য়েকপদা মান্নবা পিশুন্নী খোংজি খজী লোইনা
মান্নবনী। মান্নরা লোল্লিবা বেনিনী মান্নরা থেৎলবা ঝাঁপানী
হৌমিন কামিম্নরক্লীবিনী। থৌগল্লী কোয়না মীৎয়েং নায়েং
লোইনা মান্নবীশিংনা' সখীশিংনা। থাগী মচেৎ শারত্নুনা॥

কবরী বকুল পুষ্পে (২) অলিকুল মধুপিব (২) উতরল সকল অলঙ্কৃত ঝঙ্কৃত লন যনি লোলং। পদ পঙ্কজ পরি মণিময় নোপুর রুনুঝুনু ঝুনুরুনু জিঝা ঝনন‌ন খঞ্জনভা।

( মায়না শককদবা )

নাপদ নাইম হাইরী নোংথাংদগী হেয়া ইলং ইলং লংলডুনা চায়বী পুন্নমকা কুঞ্জদো তম্নডুনা লাক্লে। চরণ অনীদা খোনবা নোপুরগী খোজেম্না রুনুঝুনু ঝুনুরুনু জিঝা ঝননা হায়না নিল্লে॥

কি মধুর গাই মধুর হইতে অতি সুমধুর গাই। কত সুখিবাওইরে কত রাগ রাগিনী অলাপইরে তনননন করে রাগিনী সুস্বরে গাওইরে॥

( মায়না শককদবা )

এ লেঙঙকইয়ে সখীশিংগা ঈশৈ শক্লডুনা। কনাগুম্বীনা শক্লীয়ে রাগ রাগিনী স্বরনা অলাপ ভৌডুনা সারেগম পধনী তা আ রি ই ন ত না হায়রডুনা॥

কুঞ্জর বর গমনী বাই কিশেবা তুলনা দিতেগো রাই। পঞ্চম রাগিনী গাই সপ্ত স্বর তিন গ্রাম সারেগমপধনী সা। হাই মরি (২) রাইগমন সোভা হংস হংসী গমন চাই। রাইর বেনী যেন কাল ফনী ময়ুর আয়ুরে বেনীতে ধাই দেখিতে লজ্জিতে ময়ুর পালাই। নোপুর ধনী শুনি লজ্জিতে কোকিল

( মান্নবা শককদ্দবা )

উরি (২) যাইরে বনের কোকিল। কটিতে কিঙ্কিনী নোপুর বাজে শিখেতে সিন্দুর কুঙ্কুম লাজে। যেন পঙ্কুরা থমকী (২) যাইরে (২) বিজয় কুঞ্জে॥

( মান্নবা শককদ্দবা )

কুঞ্জগী লম্বী তমজরীনা (২) কুঞ্জরাজ উজবীংবনা। ঈশৈদো শরৈনা স্বর তরেং থাক্লা অহুম ভারি মত ননন না। ও লেমহৈ (২) ও কয়াদ ফজৈ কাওঙ খোংথাং ঙমজরীনা। ফজৈদা বেনী মহু পুবা লিম্নী রাহোংনা পাইরিরে লিম্নী থন্দুনা নৎলমদে পাইথরে ইকাইদুনা। নোপুর খোঞ্জেন তারে ইকাইদো কোকিল পাইথরে লোৎথরে বন্দা লাপ্পা। কিঙ্কিনী খোংজিনা নিল্লীয়ে কন্না সিন্দুর কুঙ্কুম্না ফজেরে ঙাংনা। খুজী নাচিনা পুরীং হুরীনা শামুগী শাজৎপু ঙমজরীনা॥

হংসিনী গমনী বিপিন পথে আলন করে বাড়লরে। থমকী (২) পদেযে ভরে চলতে নারে যেমন চান্দকে ঘেরে (২) তারা-গণে ওইযে আমার রাইকে ঘেরে সখীগণেরে। উচ্চ কুচ্চ যুগ কমৈয়া গিরি হিয়ার মাঝে মনকে চুরী। রাই গমন দেখি হংস লাজে লুকায়রী। নীল বসন উরিসে গাই খঞ্জন পক্ষি যেন পাখাল খেলনী। বলরাম দাস বোলে না ভাবির জর রাধে কমলিনী॥

( মান্নবা শককর্দবা )

কাণ্ডবু ঙমজরীবিনী নীংবনা শ্যাম্নী চৎপনা বন্নী কুঞ্জ ভম্বনী। চৎপনা তপ্পনী ৱাৰন্দি ম্নাঙলী প্রেম্না থল্লী য়েংঙু শরৎ থানা (২) ইকাইবিনী সখীশিংনা কোম্বনা থৌগঞ্জবিনী। থেক্লা (২) নৌনা চচ্চরীবিনী শ্যামগী প্রেমদা ভাউজবিনী। এ কেমজরীবিনী স্বতীশিংগী শিরমণিনী। লিরী মুংশিংনা থৌগন-বিনী খম্না‌ংচাক্লা চৎপা ঙমজরীবিনী। কোমলনা হংগৎপনী ৱাৰীরমু হে রাধে য়োরগনী॥

ব্রজের পথে যাইরে ধনী কৃষ্ণ প্রেম তরঙ্গিনী। রাই পদ্মাস্বিনী ব্রজের পথে (২) যাই চরণ কমল দেখিয়ে ভ্রমর কমল মানী মধু লভে ভ্রমর পুঞ্জ (২) উরি (২) যাই। কালা ভ্রমর দেখি হয়ে মন দুঃখী কালা (২) বোলি ঝুরী (২) দুইতি আক্ষি। শুন ললিতা আর কি কহব তোরে শ্যাম কুণ্ডদিগে যাইরে ভাল মানী শ্যাম কুণ্ডজলে ঝম্পদিয়া মরে তাইত ভাল মানী॥

( মান্নবা শককর্দবা )

কুঞ্জ য়োঙা পামজবিনী কৃষ্ণ প্রেম্না চাক্লীবিনী। এ শরৎ থানা লম্বীথক্তা ভান্নবনী ভাংঙাবা চরণ থোইমুনা উরে থম্বান্নী থল্লী লৈহী চুপকে হান্না লৈনা (২) পাইজরীবনী। থোইমু উরুবদা থোইরাংজরী কালা (২) শৌন্নী মীংকী পিনা জঁহৌজরী। মীংনা উরে কালা থঙরে কালা শোর্জরে কালা (২) শৌন্না

শিজখীবনা থোইনা ফরগনী। হায়য়ু ললিতা (ঐনা) বৈচাক করম থাঙনী শ্যামগীদমক্তা রাধোক চাউবী ওইরী শ্যাম কুণ্ডমক্তা থরাইসে থাবনা থোইনা ফরগনী॥

ক্ষনে মপি ধাবতি নির্পততি মুর্ছতি বিলোলিত কুন্তল ভাগং। পদ মপ পদ্ম ঘন অতি চপ লয় স্ফুদিত মণিময় হারং। পিঠে বেনী হিয়া ডলে প্রাণবন্ধু কেবায়াছে কুলে। বেনী নইগো কালা ভুজঙ্গিনী। বেনী মুলে সোণারী ঝাপা তাই বেঢ়াছে মালতী মালে। ডলেরে (২) আপ্নী ডলে নাডলাইতে আপ্নী ডলে। যত বিনোদিনী আছে সেবিতা চরণ তলে। কর্ণে কর্ণিকা ঝার ঘৃহ্নপতি পায়া লাল দন্তরুচি মুক্তা প্রভা খরে। রামানব হেতু কর্ষন হৃদয়ে ক্ষিপতি চলতি গতি অতি মথ সদয়ে॥

( মান্নবা শককদবা )

নিংথৌগীদি মচানী জগৎকৌদি মবেম্মনী কৃষ্ণগীদি থরাই ওইরীবিনী। লেংমান্নবী সখী থারাম্নীচাক ওইনা কোয়খী রাধানা পুর্ণিমাদো ওইখী। কাইদ লেঙলী কৃষ্ণ শোল্লী নোপুরনা থোংথাং খুদিং নিল্লী। ঝননন হায়না থৌগল্লক্রী। শমজী শবুল সিন্দুর শারী শোয়নদবী সখীশিংনী। মবুংঙোগী চরণ সেবা থজরীরে ফংজগনী। থম্বাংচাক্লা তমহৈরে কাঙও থোংথাং ঙমহৈরে বনগী শজীশিংনা ইকাইহৈরে। নাপদ কুণ্ডমা তনিক্লা

হাইরীয়ে নোংখাংনা কুপ্পগুম লংলীয়ে। কুঞ্জদো য়োৎবীরো অনীমক্কা ঙানবীয়ো ভোপ্পবা কোমল ননাই ঐনা ভোয়না লাউজৈরে ॥

মঞ্জ বিকচ কুসুম পুঞ্জ মধুপ শবদ গঞ্জি গুঞ্জ কুঞ্জর গতি গঞ্জ গমন মঞ্জুল কুল নারী। ঘন গঞ্জন চিকুর পুঞ্জ মজুল ফুল মালা রঞ্জে অঞ্জন যুত কঞ্জ নয়নী খঞ্জন গতি হারী। কাঞ্চন রুচি রুচির অঙ্গে অঙ্গ অঙ্গ ভরু আভরন কিঙ্কিনী কর কঙ্কন মৃদু ঝঙ্কৃত মনোহারী। নাচত ভুরু যুগ ভজঙ্গ কালি দমন মদন রঙ্গ রঙ্গিনী সব সঙ্গে পহারী রঙ্গিমু নীল শারী। দশন কুণ্ড কুসুম নিন্দ বদন বিভল শারদ ইন্দু বিন্দু (২) শরমে ঘরমে প্রেম সিন্ধুক প্যারী। ললিতা ধর ললিত হাস দেই দিপতি তিমীর নাস নিরাখি রূপ রসিক ভুপ ভুলন গিরি ধারি। মন্দ (২) হাসত নন্দ নন্দন সুখ কারি। অমরাপতি যুবতী বৃন্দ হেরী (২) পঢ়ল ধন্দ বর লাবনীয়ে। মণি মানক্য নখ বিরাজ কনক নোপুর মধুর বাজ জগদা নন্দ থল জল রুহ চরণক বলিহারী ॥

( মান্নরা শককদবা )

মতা মরান্না কোয়শিনবমী মবুংভো কৃষ্ণবু কংগনী বাখলগী দোলাই ভোংজরীবনী কুঞ্জদো ভমলীবনী। শরৎকী থাবু ভমজ-বিনী ব্রজগী লম্বী ঙাল্লিবিনী সখীনা থবানমিচাকভো ওইদুনা

কৌম্নরীবিনী। হৈশিংবী ললিতা সেনাপতি ওইনা লাক্লীবিনী সখীনা তেজোন ওইহনা থাগী মচেৎতো শারীবিনী। রাধানা রথি ওইরীবিনী প্রেম্না লিরুংনী লিরীমক্লী মাথম্না তেনগী তেম্জিন্নী পুক্লীংগী নাপন্দো ককথৎপনী। ঝাপানা নিক্লী সিন্দুর ওাম্লী কাজর নাশিকা নাইম্না লংলী-লিক্লে তাম্নে খুজীনে খুদোপ্লে খোংজিনস্নু নিল্লী। চহিস্নু লেংমান্নবীওারী হৌমীন কামীন্নর-বিনী শাওংস্নু মান্নৈ শাদাস্নু মান্নৈ মাথনস্নু মান্নবিনী। তপ্না (২) চৎপনা কাংওু খোংথাংদো ওমজবিনী। নিংথৌগী মচা রাধিকানী শ্যামগী থরাই ওইরীবিনী ব্রজগী স্বতীনী। কৃষ্ণগী প্রেমগী লৈরেমক্লী জীবগী নীংনকম ওইরীবিনী কোমল ননাই ঐগী থম্মোইভনা পাম্নজহনা শোজবনী॥

(ডুর দরশন)

হেম জ্যতি বেঢ়িতভী তমালের গাই। (২)। তাহা দেখি উরল আঁখি বক্র করি চাই। কৃষ্ণ প্রেম বিভুল হয়াছে। চন্দ্র মুখী ডাকে সখী যোলে দেখ কি দেখ লম্পাভের রিত। আগ (২) সখী। কাহ্নু কুলে করি খেলে কুন রাজাঝি। হেদে সখী চঞ্চল কালিয়া শ্যাম আমাকে বঞ্চিলা। শেখর আসি কহে হাসি (২), ধনী! আগেয়ান। তমাল কুলে লতা ডলে আনে কহে আল। কেবোল এইত তমাল। আপনার বন্ধু নই। সখীক বচন শুনি ধনী চমকিত। লজ্জিত পাইয়া রাই অবনী ত মাথে। বদন তুলিতে নারে ধনী। চান্দ বদন মলিন হয়াছে।

সখীক বচন যেমন উদয় চান্দ রাইর নয়ন বদন কমল মুদিরহে॥

( মান্নবা শককদবা )

হায়রু ইতা নোংহৌবরা ভোমাল পাম্বীরা। (২)। ঐগী মীৎনা তথকপনরা লাল্লগদরা। শ্যামগী প্রেম্না ঙাউরে থম্মোইসে চন্দ্রমুখী কৌরদুনা হায়জরকইসে ঐনা চিংনজৈদোসে। মাঙদ উরিবসে। কনা ওইরিগদগেসে। চায়রবী অঙকপা কালা-নিসে ঐবু কাউবীবসে। সখীনা হায়জৈ মোমোন নোকচৈ (২) মখুৎ লোয়জৈ। ভোমাল পাম্বী নত্তে হায়জৈ থম্মোইদা পেজৈ। চিংনবীমু হায়জৈ। নবুংঙোনী শোয়দরে। সখীগী রাইহেদো তারে পুক্নীং সুংঙাইজরে। থম্মোইদা ইকাই-জরে মাইথোং নুকথজরে। মাইথোং হাইগৎপা ঙমজদরে। পূর্ণিমানা তমজবীদো মকশিনথরে। সখীগী রাইহেদো পুক্নীংদা পেঞ্জরে রসসিবু কোমলনা পামজরুরে॥

রাই কহে শুন সখী সক্ষাত কিরূপ দেখি। শুন সখী সত্যকরি কহত আমারে। আরে (২) সখীরে। (৫) নবীন তমালে কিবা নবঘন পুঞ্জ কিবা কিবা ইন্দ্রনীলমণিবরে। কিবা মন মথরাজ তাহারয় তনু কাজে কিবা এই মূর্ত্তি রসরাজ। কিরা রস সুধা নিধি সবরস সুধাম্বুধি তাহা হয়ে বিষ্টার অপার। কিবা প্রেমময় তরু প্রভিতনু প্রেম ঝরু সেহ স্থির চলিতে নাপার। মোর নেত্র ভৃঙ্গ পদ্ম কিকান্ত আনন্দ সদ্ম

সেহু স্ফুর্ত্তি কহত নিশ্চয়। পুছে গদ গদ বানি পুলকিত তনু ধনী এ যদুনন্দন সুখে কয়। তাহা শুনি সখী কহে রাধিকার প্রতি। সেহু অন্য নহে এই তোর প্রাণ পতি সখি রাধে॥

( মায়েনা শককদবা )

রাধানা হায়জবনী পুক্লীংদনা চিংনবনী। উরিবসে চুম্মথগনী, তশেংবা ওইরিনী। হংজ হায়জরীবনী। (৫)। নত্তরা তোমান্দি মাল্লী ফুইনা হোবা নোংসু মাল্লী মানী ইন্দ্রনীল মণি মক্লী। ঐনা খঞ্জরীবনী ওইরগদি পেজগনী শ্যামগী মুর্ত্তি অমুক মানবনী। পুক্লীংদদি চিংনবনী (ই) অঙকপনা হেল্লবনী শ্যামগী প্রেম্না থম্মোইসে ঙাউবনী। খল্লুবনা লাল্লমগনী উজবনা শোয়রমগনী হায়দোকপদি ওমজদবনী। ইতা নংদি উরমগনী তাকপীবনা করগনী থরাই অসে রাজরবনী। ইতা তশেংবা রানী রারে রামীররিবিনী ঐহাক্লী পুক্লীং চিংনবনী। সখীশিংনা হংগৎপনী শোয়দে নবুংঙোনী কোমলসু য়াউজবনী প্রেমদা লুপচবনী সুবদনী॥

প্রবেসিয়া কুণ্ডক তীরে দেখা পাইল শ্যাম নাগরে কিশোরী। সক্ষাত দেখিয়া প্রাণ নাথ পুর্ণ হইল যত মনোরথ। কত (২) ভাববিকার যে কালে উদয় সম কাল কিশোরী। সম্মুখে নাগর দেখিতে নারে লাজে লুকাওল সখী আরে॥

( মায়না শককদবা )

লেঙশিল্লক্রে কুণ্ডদো তম্না উবা ফংলে শ্যাম নাগর রাধানা। অশেংনা উজরে মবুংঙোদো চিংনরম্বা পুম্বা কোকচরেদো। মুমীৎ থানা ঙানবগুম্রেদো পুক্নীংগী মৈচাক্তো ঈংলেদো ( রাধানা )। ইকাইথিবী রাধিকাদো সখীশিংগী তুংদা লৈজরেদো॥

প্রবেস রাধে মাধব সমিপে চান্দবদনী ধনী রাধে। প্রবেস রাধা মাধব সমিপে ইহ বিলস রভী রভস হসিত বদনেং। কেনে লজ্জা ভয় তোমার হৃদয় করহু সখি রাধিকে। এত ভালনয় (২) রাধে কমলিনী। এখানেতে বিলম্ব কেনে কাজ নাই। মণ্ডভর কুঞ্জতর কেলী সদনে সখি রাধিকে। বিহিত পদ্মাঁবতী সুখ সমাজ (২) কুরু মুড়ারি মঙ্গল সভানী ভনতি জয়দেব কবিরাজ রাজে॥

( মায়না শককদবা )

লেঙশিল্লে রাধা কৃষ্ণগী নাকওইনা চায়বী সখী পুম্নমক্তা লেঙশিল্লে রাধা কৃষ্ণগী নাকওইনা তরাম তরায়া কৌজৈ কৃষ্ণনা লেঙশিনসি রাধিকা। ইকাইবীমু হে শ্রীরাধিকে লেঙশিল্লু ছাইজরীবনে। রাধে চিংনমু (২) ঐবু চানবীযুনে। মংবুতবু রেংজত্নুনা লৈবনে কৃষ্ণ ঐনা মৈচাক খাঙলত্নুনা লৈরদো 'কুইজ-রবনী। মাইথোংনা পুর্ণিমানী রস থম্বায়ী (২) হংজৈ পারজনা শোয়জৈ হরাউনা তোয়রয়া জয়দেবনা থৌগঙবা কোয়লনী॥

হরিমে করসং চিরমভি লছিত বিলাসং। (২)। সাদ দর্শগুরু হর্ষব সম্পদ মদন মনঙ্গ বিকাসং। রাধা বদন বিলোকিত বিকসিত বিবিধ বিকার বিভঙ্গ। জলনিধিমিব বিধু মণ্ডল দর্শন তরলিত তুঙ্গ তরঙ্গ॥

( মান্ননা শককদবা )

উরক্লে কৃষ্ণগী নিংখিজবা মাইথোং পুর্ণিমাদো। (২)। শ্যামগী সেবাতবু খঞবী রাধানা পুক্নাংগী হরাউবা হেল্লিদো। রাধা লাইবকথিবী ঐহাক্তনা শোয়দনমক ফংজরনীদো। খঞ-ছুনা রাধা সখী ময়ামগা য়ৌজেদো কোমলগী নীংবা থুংজেদো॥

রাই কাহ্নু তীরে দরশন ভেল কৃষ্ণ দেখি বহুবিধ ভাব উপজিল। কিল কিঞ্চিত ভাব কৈল আকর্ষন পালতিনে হরি ধনী চকিত নয়ানে। লজ্জা ভয়ে সুন্দরী পরাবর্ত্ত করি কুঞ্জের বাহির চলে পদ দুই চারি। তাহা দেখি কৃষ্ণ চন্দ্র পথ রূদ্ধ করি কোথা যাবা বোলি বস্ত্র অঞ্চলে ধরিল॥

( মান্ননা শককদবা )

রাই কাহ্নু অনীমক্না কুঞ্জদা উনৈনা রাখল কয়া পোক-চরেনা হরাউ ভুজুংজেনা। থিৎতংদা শ্রীকৃষ্ণনা চিংজরীয়ে ফিজি পায়না থম্মোইমুংদা খাঙঙমদনা হরাউ মপুং কানা। ইকাই-থিবী রাধানা মীমাংদা ইকাইনা খোংকম অমা অনী ওইনা

লেঙঙে রাংমা লাম্না। উরবদা শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বোম ভিংথোক্লুনা রাধিকাবু থচ্চরেনা কৈদ কৈদ হায়না॥

## ( পথ রুদ্ধ )

কুঞ্জের বাহির (২) হয়া চলে রাই নবীন কিশোরী। নাগর আগে প্রবেসিতে নারে ( শ্যাম ) (২) লজ্জা ভয়ে ভুষিতা গৌরী। পদ আধ (২) চলে পুন বাধ ছুরে যাইতে নারে ধনী মোরে অনাদর যাই কোথা আয়লু তুয়া অনুরাগে। তাদেখি রসিক নাগর রাজ দাড়াইয়া রায়ের আগে গৃবা ভঙ্গি দৃগঞ্চল দেই চঞ্চল জলদ নয়নী॥

## ( মান্নবা শককদবা )

কুঞ্জগী রাংমা লাম্না হেন্দোক্লুনা লেঙথিগদৌরে রাধানা। নাগরগী মাংদা চংজবা ঙমদরদুনা ( শ্যাম ) (২) ইকাইখিবী ওইজবনীনা। খোংকম অমা অনী হেন্দোকচরদুনা চচ্চরীয়ে রাধিকানা ইকাইখিবী ওইন চাউবিগী হৌনসা ওইনা লৈজবনা। উরক্লে কৃষ্ণনা লেঙথলে তকিংনা থংলে পাম্বোম তিংথোক্লুনা কৈদ লেঙবনোনা মোমোন নোক্লা শ্যাম্মা হায়জৈরে লৈশি লৈথোম্মা॥

নরচয় গোকুল বীর বিলম্বং বিদগ্ধ বিধুমুখী মীনতি কদম্বং। চঞ্চল মুঞ্চপ তাঞ্চল ভাগং কর বন্ধা ধুনা ভাক্বর জাগং। নকরুক

দর্থন মাত্র সরন্যাং মামবলোক্য স্বতী মশরন্যং। লোকে দেখে বোলবেকি। আমি কুলবতী নারী। চঞ্চল মাধব। মহসিবি ভেমিবি লোল দৃগন্তং বিক্ষ সনাতন দেব ভবন্তং॥

## ( মান্নবা শককদবা )

কদায়দনো হায়রুনা কৃষ্ণনা মাংদা পাম্বোম তিংথোক্লরুনা কারিয়ে কিজীদা। রাধানা কৃষ্ণগী মতৌদো উবদা হংগর্চ্চেনা ইকাইজরুনা শ্যামদা। থাদোকপীয়ু লম্বী মাংদা উবগা ঐবু মীনোক ওইখিনীদা। রাথোক অমুক ওইনীদা। ঐদি কুল বধুনীদা। কজদে লেওঙোদা। অনীমকী লীলাসে অওকপা ওইরীদা পেঙ্গরী কোমল মনাইগী থম্মোইদা॥

লোকে দেখে বোলবেকি আমি কুলবতী নারী হওনা (২) মাধব। সহযেই তোমার চঞ্চল চরিত না করগো ওহে মাধব। হামু দুর্ভাগিনী রাধা দুর্ব্বলিনী বন বিলাসিনী শ্যাম কলঙ্কিনী। হুয়ে দারাউ নীলমণি ভাল নহে কালমণি পথ ছার যাদুমণি লম্পতের শিরমণি। ব্রজের মাঝে একাকিনী ভাষাইলাম কলঙ্কিনী॥

## ( মান্নবা শককদবা )

মীনোক চাউবা ব্রজনিদো ঐদি শাগৈগীস্থ মৌনিদো শোকপীগনু ওহে মাধব। মহৌশাগী হৈশিংবদো তৌবীয়নু ওহে মাধব। মপোকখিবী রাধা ঐনী পাঙ্গল শোকখী রাধা ঐনী

বন্দা য়ুম্ফম ওইজবিনী রাথোক চাউবী রাধা ঐনী। লেঙবী থরো নীলমণি কব ওইরোই কালমণি থাদোপায় যাদুমণি লৌনম্বগী শিরমণি। ব্রজসিদা ইথন্তনী মীথা পোনবী রাধা ঐনী।

( আদর )

এছ (২) রাধে প্রাণ প্যারী রাধে কেমনে আইল ব্রজের কঠিন পথে। কোমল পদতল কন্তকের মাঝে চরণ তুলী কেমন আইলে নবীন কিশোরী। অমূল্য রতন ধন তোমা মরণন বৃষভানু নন্দিনী প্রাণ স্বরূপিণী রাধে রাধা দাস শ্যাম নাম লেখিব চরণ তলে। এতকহি শ্যাম নাগর নীজপীতবাস ধবার অঞ্চল দিয়া রাই চরণ ধুলাঝারে। চুড়ার ফুল ভঙ্গি নীজকরেনিল মোর প্রেম মন্নি বোলি শ্রীচরণে দিল। ললিতা মুচুকী হাসে কুঞ্জলতা পাছে অনিয়া শ্রীকুণ্ডেরজল চরণ ধুবাইলে। রাধে দে দে দে চরণ দে দে হে। মদীশ্বরী প্রাণ স্বরূপিনী। জনমে (২) রাধে রাধা দাস বৃন্দাবন সাক্ষি হউগো। তাপিত প্রাণ শীতল দে দে দে প্রাণ স্বরূপিনী রাদে দে দে হে। মাঘ প্রয়াগে ছুবি রইলাম কল্পবাস শীতল নহেগো। রাধে তবু তোমায় সঙ্গ বিনে। ত্রিভুবন মাঝের জল আর হিমালয়ের জল সে সব অনর্থ শীতল দিতে নরিগো॥

( মায়না শকফদবা )

লেঙশীল্লকসি রাধে প্রেমগী শক্তক ওইবী করয়া লেঙঙকপা

তুম্বৌ চেগাইলক্তা। থম্বাম্না তমজরবা চরণ অনাতুনা করমতৌনা লেঙঙকপনো নুংগাই তিংথংলক্তা। নহাকপু উজবদি মহৈ য়াজরে নিংথৌনস্থ পোকলিবী থবাইদগী থোইনা মুংশিরবী রাধা দাস হায়বা মীংথোল ইজগে চরণ খাদা। অসি হায়না শ্যাম নাগর কৈজোম গুঞ্জানা কম্বোকচরে উফুল পুম্বা পক্লম্বা চরণদা। চুড়াদা থোনবা লৈদো লৌথোক্লক্লে শ্যাম্না থবাইদগী হেল্লবিনী হায়না কচ্চরক্লে। ললিতা বিশাখানা লৈথোক্তুনা নোক্লে পুরক্লে শ্রীকুণ্ডগী ঈশিংনা শেংদোক্লে। রাধে পিবীয়ু চরণ পিবীয়ু! নিংথিজবী প্রেমগী শক্তম ওইবী। চারুবা মৈ মুৎহনবীয়ু ঐবু মুংশিবীয়। মপোক (২) খুদিংদস্থ ননাই ওইজগে বৃন্দাবন্না সাক্ষি ওইসনু। মাঘ প্রয়াগস্তা লুপ্তুনস্থ ঐহাকপু ঈংবা ঙমলোই রাধে নংবু নত্রবদা। মরোল অহুম্মক্তস্থ হিমালয়দা লৈরবস্থ পুম্নমকসে কায়রোই নংবু নত্রবদা॥

## ( আদর )

মনেরী মরম কথা কহিব প্রিয়ে আজ দিন। কহিব প্রিয়ে আজ দিন। (২)। তুমি আমার (২) নয়ন রঞ্জনী হৃদয় বিহারিনীগো, রাধে প্রিয়ে আজ দিন। রাধে মম (২) পঞ্চ প্রাণ স্বরূপিনী তোম্না নোইলে কোথাগো বাচি জীবন আমার। মনেরী বাসনা সদাই রচনা রাধা নামামৃত দুই আক্ষর মন্ত্ররাজ যতনে গাঠিয়া গলেতে পৈঢ়িব রাধে। তুমি প্রেমের গুরু আর প্রেমের ভাণ্ডার আমি দীনহীন কাঙ্গাল প্রেমেরী ভিক্ষা। জনমে (২) রাধে রাধা দাস বৃন্দাবন সাক্ষি হউগো॥

( মান্নলা শককদবা )

পুক্লীংগী লৈজবা থরা হায়জগে রাধে ওসিদি। হায়জগে রাধে ওসিদি। (২)। নহাক অসে ঐগী ইমীংকী মঙান্নী থম্মোই-মুংস্থ ওাল্লিদো শ্রীরাধিকে ওসিদি। রাধে নংনা (২) ঐগী থবাই-মক্লী নংবু নত্রবদা কমদৌনা হিংনা লৈনী রাধে। পুক্লীংনা পামজবা তৎতনা শোঞ্জবা রাধা হায়বা মরেক অনীসিনা মন্ত্র ওইনা নিংথিনা লেংজগে চূড়াদা থেচ্চগে রাধে। নংসে প্রেনগী গুরু ওইরী প্রেমগী ভাণ্ডার ( ঐনা ) ফিগাউ শানা নীজৈ প্রেমভগী ভিক্ষা। মপোক (৫) খুদিংমসু ননাই ওইজগে বৃন্দাবন্না সাক্ষি ওইসনু ॥

( আদর )

বিধি সকরুনা হয়া তোমা মিলাইলু রাধে। বিধিবিনে সুখ দাতাগো আর নাদেখিনু রাধে। কেমী আইসে কোমল পদে রাধে। ক কহি বিধাতা সহয নিকরুন (২) নহে থাতা বর সকরুনা। সহযে অবলা তাহে নব বালা ॥

( মান্নলা শককদবা )

থৌজানবীরে বিধি মানা ফংজরীরে নংবু ঐনা। বিধি মানা তম নত্তনা নংবু ফংডোইদবনীনা। লেওবীরক্লে ওয়োক্লা য়ায়া বানা। হায়নরী কনানা থৌজাল হৈতে হায়না বাবিরীরে বিধি মানা ঐবু চানবীহুনা। ফংজরে নিংথিবী রাধে নংবু ঐনা ॥

( আদর )

একবার বার কৃপাবার শীতল করহ তাপিত প্রাণে।

চান্দবদনী রাই কমলিনী কেম্নী অসিলে কোমল পদে। তুমি প্রেমের গুরু আর প্রেমের ভাণ্ডার আমি দীনহীন কাঙ্গাল প্রেমেরী ভিক্ষা। তাপিত প্রাণ শীতল দে দে দে প্রাণ স্বরূপিনী রাধে দে দে দে ॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্রীরাধে চানবীয়ু চাক্লবা থম্মোইসে ঈংহনবীয়ু। চিংনবী-গনু প্রেম পীনবীয়ু খোৱাংভিবসে কোকহবীয়ু। নংসে প্রেমগী গুরু ওইরী প্রেমগী ভাণ্ডার (ঐনা) ফিগাউ শানা নীজৈ প্রেমতগী ভিক্ষা। চাক্লবা মৈ মুংহনবীয়ু ঐবু মুংশিবীয়ু রাধে ॥

( আদর )

আইস (২) রস ময়ি সুবদনী রাই। আইসহে শশীমুখী তাপিত প্রাণ কর সুখী। তোমার বদন সোভা বলিহারী যাই। আইস রাধে কমলিনী আমার প্রাণ সোহে নারে। কেম্নী আইসে কোমল পদে রাধে। সহয়ে অবলা তাহে নব বালা ॥

( মান্নবা শককদবা )

সেঙশীল্লসি শ্রীরাধিকে ঐগী থবাই ওইবী। মৈচাকসে ঈংহনবীয়ু থম্বাম্না তমজরিবী। মাইথোংনা থাজবু হেনবী পুক্নীং শুম্নাৎলিবী। লেঙশীল্লসি শ্রীরাধিকে থবাইসে চাক্লে প্রেম্না। লেঙবী-রক্লে ঃস্মোক্না যাম্না বানা। মুপীগী হোনশা খোচ্চ নৌজবনা॥

আইস (২) রসময়ি সুবদনী রাধে। তোমার বদন সোভা

বলিহারী যাই। কতনা আদর করি বসাইলু বামে। মেঘ সৌদামিনী যৈছে সোভে শ্যাম গৌরী॥

( মান্নবা শককদবা )

লেঙশীন্নসি শ্রীরাধিকে শক্তম্না নিংখিবী। মাইথোংনা থাজবু হেনবী পুক্লীং শুঙ্কৎলিবী। কম্না লৈশী লৈথোঙরে আসন্দা লেঙশীল্লে। রাধা শ্যাম্না ঙাম্থোইবিরে নোংদা নোংথাং ঙালে॥

( বসন্ত লীলা )

আই ঋতু রাজ বসন্তে (অ) সখীরে। ঋতু রাজ বসন্তে (২)। বসন্ত সময়ে ভ্রমর গুণ (৩) স্বরে। সময়ে বসন্ত সঙ্গে গুণ বস্তু ল ললিতে গীতগায়ে। বংশা মুরুলী ধারি সঙ্গহি ব্রজ কামিনী নব (২) রস বিলাসন্তে। যাতি যুতী মাধবী মালিকে নব (২) ফুল প্রফুল গুলাললাল নব গুঞ্জ নব চম্পা শিরিশ নাগেশ্বর নবীন (২) বৃন্দাবন খেলে শ্রীনন্দের কুঙর কহেম্না ওই কি আনন্দে॥

( মান্নবা শককঁদবা )

ওইরেদো ঋতু বসন্ত হৌজিক:স। ঋতুগী নিংথৌনাসে। (২)। বসন্ত মতমসে থোইমুনা ঙুং (২) ঙংবনীসে। বসন্ত হায়বসে অঙকপা মগুণনীসে নোনা পুক্লীংসে লাংহল্লিসে। বন্সী মুরুলী থোংবা গোপীগী পুক্লীং হুরীবা শ্যামগী লীলা রস মকম ওইরীবা। যাতি যুতী মাধবী মালিকা পুক্লীং হুনা শাংলী ফুগাইনা সেকালিকা থোইমু শঙ্গু পাইরজুনা লৈকাদা

তোংলহ্না নিংখিবা লৈহৌদো চুপ্নরীয়ে পেম্না শায়েয়ে কৃষ্ণনা ব্রজগী গোপী লোইনহ্না ॥

শ্রীকুণ্ডে বিহরে রাধিকা মনোহারী কাগু মুখি (২) লেই। মারে গুলাল বদন বিধু তোমারী রঙ্গমে দিগ নেহারী। দদ্ধি মাখন কি কারন মাই যশোদা বান্ধল যৈছে বান্ধল ছিনলে অঙ্গ পীত পট্ট মুরুলী ॥

( মান্ননা শককদবা )

শায়রে কৃষ্ণনা রাধিকা লোইনহ্না আবিরদো পায়রহ্না। ভৈরে আবির শ্রীগোবিন্দনা থাঙজৈয়ে রাধানা ইকাইজহ্না। দদ্ধি মাখন হুরুবদা পুনখিবা মতৌগুম্না হিকথৈ কৃষ্ণনা রাধাগী প্রেমদা পেম্নজেদো পুক্লীংদা ॥

নব বৃন্দাবন নবীন লতাগণ নবনব বিকসিত ফুল:র। নবীন বসন্তে নবীন মলয়া নির মাতল নব অলি কুলরে। আরে বিহরয়ে নবাল কিশোর। প্রতি কাননে কুসুমিতগন্ধে অমুদিত কোকিলের নাদ। তাহে খেলত আবির উরায়ত রাধা গোবিন্দ বসন্ত বিহারী। আজু বিহরই বসন্তে মাধবী মাধব সঙ্গিয়া। আরাতরে ঋতু রাজ বসন্তে। কচ্চবি কাভি গুত্ত মৃদঙ্গ সমুপদ মুদয়তি নবনব নিনদে নির্ত্তকতিকাং পশ্যতি দৃস্ত্বাং বিদধতি সহ যুবতী মিরথ মথনে থৈ তা তা থৈয়া তা তা তা থৈয়া দৃমীখি (২) দৃমী দৃগ দৃগ দৃগ থো ইৎথ মৃদিয়ং স্তাল তরঙ্গ মধুর বদন শরসিজ কুল গলিতা। নির্ত্তন তিৎথন গততি তাতাথৈ থৈতা থৈ থৈ

তাথৈথা। রাধা কৃষ্ণ দ্বন্তী যনচয়ে চঞ্চলেব স্ফুরন্তি। পানি ঘর্ম্মং মহরিহ নদৎ কঙ্কন চালয়ন্তি। তননুম (২)। উচৎ কাচি কদক্য বিরল নোপুর ধার রম্যং॥

( মান্নবা শককদবা )

বৃন্দাবনসে নৌনা নিংথিজখরে হৈপাল-লৈপাল তনা পরেং পুক্লীং হুখরে। বসন্তস্তু ওইরে মলয়ানস্থ হুমলরে খোইম্নস্থ শঙ্গ (২) পাইররে। অনীমক্লা লীলা শান্নবীররে। বনস্থ ফজরে হৈনম্নস্থ হারে কোকিম্নস্থ মুংশিনা খোংলরে। রাধা কৃষ্ণনা আবির পায়তুনা গোপী ময়ামগা লীলাদো শান্নরে। ওসি কুঞ্জনস্থ নিংথিরে মুংঙাইনা অনীস্থ শান্নরে। লাক্লে ঋতুগী নিংথৌবসন্ত। কোকিনস্থ খোংলে রাহোংস্থ নোয়রে সখীশিংস্থ হরাউজরে অনী-মকস্থ ওানখরে ঈশৈস্থ শক্লে খুবাকস্থ খুরে যন্ত্র খোংলে জগোই শারে পুংলোন চানা য়েখরে থেন তাতা থেন্তা তাতাতা থেন্তা তেন্তাথিৎতা তেন্তথিৎতা গ্রগিন গ্রগিন ধা হায়রতুনা য়েরে পুক্লীংস্থ হুরে মুমীৎ থানা তমজখরে লৈনা লৈনা শাখরে। জগোই পুংলোন চানরে মুংঙাইরে থেনতা থেন থেন য়েখরে। রাধা শ্যামস্থ ফজবা তান্নরে লৈনা নৌনা শাখরে। খোংজি খুজা মখোন্না নিনখরে হুমাংস্থ তানখরে। ফজরে নিংথিরে। অতি-য়াগী লাইয়ামস্থ য়েংখরে লৈয়ামস্থ চাইথখরে॥

( চারি তান্দ শককদবা )

রাধা মাধব (২) বিলসই সুখে কুঞ্জ মাঝে। কুঞ্জে (কুঞ্জ) রাজ রানী। বৃন্দাবনে বিহরই। আজবরি কি আনন্দে আর

সিমা নাইরে। সুখদ শ্রীবৃন্দাবনে। মাধবী রাজে কুঞ্জর কহেয়া ওই কি আনন্দে। দুহে দুহু অতি সুন্দর সরস রস মাধুরী কমলিনী মধুকর রাজ॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধা মাধব (২) অনীমক্না শান্নৈ কুঞ্জবন্দা। ভারে (ভসি) বৃন্দাবন্দা বৃন্দাবনগী লৈভেংনীদা। অনীমক্কী পুক্লীং পেম্নজৈদা চাংদম্নবা লৈজদেদা নিংখিজবা বৃন্দাবন্দা। নোঙ্গবী রাধা শাম্নরী কৃষ্ণগা (৩) কজরেদা। শান্নৈ অনীমক্না পেম্নৈয়ে পুক্লীংদা খোইমু লৈহী চুপচরিদা ভালি কুঞ্জদা॥

নন্দ নন্দন সঙ্গে খেলত রাধা প্যারী। শ্রীগোবিন্দ সঙ্গে খেলত রাধা প্যারী। রাসেশ্বরী সঙ্গে খেলত গিরি ধারী। ইঙ্গিতে করতহি সব সখীগণ ভরি (২) লেই পিচকারী। লালহি ব্রজের গোপী লালহি নন্দের নন্দন। লালহি লতাবলী লালহি কুঞ্জের ভুবন। সুখময় শ্রীবৃন্দাবনে রাই কাহ্নু বিহার করে। নব বৃন্দাবন মাঝে রাই কাহ্নু বিহারকরে। ঋতুরাজ আগমনে। আজ মধুর বৃন্দাবনে॥

( মান্নবা শককদবা )

শান্নৈ কুঞ্জদা শ্যামা রাধিকা লোয়নদুনা। শান্নরিবে শ্যামা রাধিকা লোয়নদুনা। শান্নৈ রাধিকানা কৃষ্ণগা লোয়নদুনা।

ইঙ্গিৎপু তৌনহনা ব্রজগোপীশিংনা পিচকারী কোয়না থৌগৈনা। গুাংলেদো আবিরনা রাধা শ্যাম অনী পুম্না। গোপীশিংসু গুাংলে লোইনা উরী উপাল গুাংলে লোইনা। মতৌ অসুম বৃন্দাবন্দা। রাধা শ্যাম্মা শান্নরীদা। নিংথিজবা বৃন্দাবন্দা মতৌ অসুম শান্নরীদা। বসন্তনা লাক্লবদা। পুক্লীং হুবা বৃন্দাবন্দা॥

ঋতু পতি রাধা মাধব সঙ্গে সুখে বিহরে। ব্রজের কামিনী মদন মোহিনী কালশশী বাঁশী ধারী সুখে বিহরে। বামে হেলে বিনোদিনী নবীন বসন্ত আবির খেলে মোঠিয়া। আজ মধুর বৃন্দাবনে সুখে বিহরে রসরাজ শ্রীগেবিন্দ সঙ্গে রাসেশ্বরী॥

( মান্নরা শককদবা )

বসন্তসু ওইরে বনসিসু নৌরে পুক্লীং নৌনরে। মতমসু নৌররে লীলাসু নৌররে মাইথোং থাসু পুমনৌ নৌরে প্রেমসু নৌহৌরে। সখীশিংসু পেম্নজরে অনীগী পুক্লীংসু পেম্নরে আবির চাইনরে। বনসে লৈনা পুক্লীং হুরে হৈনম লৈনম্মা হারে রাধা শ্যাম্মা বনগী লৈতেং ওইনা শান্নবীরে॥

ফাগুখেলে নন্দলাল লালন লিনী কুণ্ড চিন্তামণি ব্রজধাম সব লালিমু ভেলরে। রাংগুা তমাল ডালে বসি রাংগুা ময়ুর ঘুরি নাচে। রাংগুা শারি বোলে জয় (২) বন্দাবনেশ্বরী রাংগুা শুক বোলে জয় শ্যাম কুণ্ডণ্ডর কহেয়া॥

( মান্নরা শককদবা )

আবিরদো চাইনরে মাইথোংদস্থ তৈনরে বৃন্দাবনস্থ ভাংথরে কুঞ্জ কুঞ্জস্থ ভাংথরে। অভাংবা তমান্দা তোংলে অভাংবা মাহোং-শিংনা নোম্নরে। অভাংবা চোংভানা লাউরী রাধিকানা জয় ওইরে অভাংবা তেম্নবানস্থ লাউরী শ্যাম্না জয় ওইরী॥

সঙ্গে ব্রজাঙ্গনা নরাল কিশোরী হোরি খেলত গিরিধারি। আজু বৃন্দাবনকি কুঞ্জ গলিনমে রাধা প্যারী সহ। দেখ এই ঋতুরাজ বসন্তে। নব (২) বৃন্দাবনে অরুনিত ভেল। নবঘন শ্যাম অঙ্গে অরুনিত ভেল। পক্ষ (২) পক্ষ তেম্নী সাজরে। কৃষ্ণ পক্ষ রাধা পক্ষ (২) তেম্নী সাজরে। বৃন্দাবনে মধ্যে রাধা কাহ্নু আনন্দ বিহরে॥

( মান্ননা শককদবা )

ভসি বৃন্দাবন্দা ব্রজগোপীশিংগা হোরি শান্নরী শ্রীকৃষ্ণনা। য়েংভু হৌজিক কুঞ্জগী মনাক্তা মুংভাইনা শান্নে রাধা শ্যাম্না। বসন্তগী লৈতেং ওইরী অনীনা। নিংথিজবী বৃন্দাবনে পুক্লৈং হুরীবনে। গোপীশিংনে শ্রীকৃষ্ণনে নোনা শান্নবনে। মাইকৈ (২) মীচং (২) নাইনৈ। সখা সখী মীচং থান্নৈ। বৃন্দাবন্দা মতৌ অস্থম শান্নে আবিরদো চাইনৈ॥

শিঞ্চয় মৃগমদ মলয়জ কুঙ্কুম আগরুচন্দন বিন্দু (২) মারত রাইর অঙ্গে আবির উরায়ত পুন (২) মারত প্রিয়া রাধা মুখ হেরী শ্যাম চান্দ পুন (২) মারে॥

( মান্নবা শককদবা )

মুংশিবা চন্দন ময়াম তরুদুনা চাইরবা আবির পান্নদুনা কম্না (২) চাইরীয়ে রাধাদা শ্যাম্না রাধিকাগী মাইথোংদা শ্যাম্না মুম্না য়েংদুনা আবির অমুক পান্নরহনা তৈবিরীরে হম্না (২) শ্যাম্না ॥

মৃগ মদ চন্দন ওর কুন্কুম গড়গহি লেই ফাগুলাল ভরি মণি পিচকারী। সবসখী মেলী তগরনহি ছোরত ঘেরো (২) বদন মার (২) মাণি পিচকারী। রাই করে ধরি নন্দের বালা চিক্কণ কালা প্যারী রাধা মুখ' হেরী পুন (২) মারী। ছার (২) বন্ধু প্রাণনাথ কেনে নির্দ্দয়ে মাধব। হামুত অবলা জাতি কি দোষে হামারী। তব দাসিনী (২) শ্রীচরণ দাসিনী। করুনা কুরু মোরে মাপ কুরু পিচকারী। বিদগ্ধ নাগর বর লম্পত কারী অম্রা ব্রজেরঘরে মাখন চুরী। অম্রা সব স্ত্রীর হরী যমুনা পুলিনে অম্রাব্রজের ঘরে মাখন চুরী। রসিক নাগর অম্রাব্রজের গোপী প্রাণ চুরীয়ে মাধব। শ্যাম নাগর লম্পতের শিরমণি পর নারী প্রাণচুরী প্রাণের মাধব। খেলাতে হারিয়া শ্যাম পালাইতে চাই। নাগর কি কি করিব। একা। বহু গোপী ॥

( মান্নবা শককদবা )

মৃগমদ যাবক রাউরে কুন্কুম মুংশিনবা চাইবা আবিরগী মহী হাত্রে পিচকারী। ব্রজগোপীশিংনা মাইকৈ পুম্বা•কোয়-শিন্দুনা লেপ্পী থংলী মাইথোংদা তন্নী কাপ্পী পিচকারী। শ্রীরতি

রাধাগী খুৎতা কারে শ্রীকৃষ্ণনা আবিরদো মাইথোং থাদা ভৈরে পুমঙাং ঙাংনা। থাদোকপীয়ু নাগর মুংশি হৈত্তবা হায়ৈজ ননাইনা। পাঙ্গন শোনবী মুপীনিনা ইরানস্থ লৈতেনা। ঐদি ননাইনী (২) শ্রীচরণগী ননাইনী। তোকপীরো পিচকারী খনবীয়ু ননাইনী। খংজরে নাগর নংসে মুংশি খংদরী লৌনম চাউনা হুবা হৈন-বিরী। ঐখোই পুম্নমক্কী শারি হুবদো কাউদরী। মদুস্থ লায়রী গোপী ঐখোই পুম্নমক্কী পুক্লীংস্থ হুরী। শ্যাম নাগর হুরানবগী মকোক ওইরী চৎন রাংম লানবা লমচৎ নংনা তম্বিরী। শান্দ-বদা রারক্লে চেন্নগে নীংলক্লে। নাগরদো রানা খাওলক্লে। হৌজিক। গোপালক্কা॥

( বন বিহার )

করে ধরি গিরিধর বনেতে গমন। বন শোভা দেখি অতি হরসিত মন। বন মাহা কুসুম তোরি সব সখীগণ। সরস সমর করু তাই। মারত বদন নেহারী কুসুম শর। সোহত সব করু তাই কি আনন্দে ক কহু সমরক কেলী। নবীন কিশোরী নবীন কিশোর। ললিতাদি সব সখী মেলী কি আনন্দে। নবাল কিশোরী নবাল বর নাগর। মণিময় ভুষন তনু (২) শোহন। রুনু ঝুনু মঞ্জির বাজে। গোবিন্দ দাস ভনে রমনী শিরমণি। বিতল বিদগদ রাজে কি আনন্দে জগতে দুর্লভ খেলানন্দে॥

( মান্নরা শককদবা )

শ্রীগোবিন্দনাংগ্রু রাধিকাগী খুজেং পায়রদুনা। বনগী কজবসে

য়েংঙু রাধে মীৎ পেয়া। বন্দা শাৎপা লৈশিংদো সখীশিংনা হেক্লজৈদো। লৈভনা লিরুং তেজৈ শাইদো। মীৎকা (২) য়েংনৈদো লৈগী তেম্না থানৈদো। অনীনা মাইথোং থাদো তম্নৈদো পাম্নজৈদো সখীগী পুক্লীং হন্নাউজৈদো। পুক্লীংদা পেজৈদো লীলাবু ওইজৈদো। মুমীৎ থা.ওমজৈদো অনীমকী মাইথোংদো। লৈনা চোইনা পকপদো মণিমক্লা ভমজৈদো। নোপুরস্থ পেম্না থোগজৈদো। অনীমকী লীলাসিদো প্রেম্না তেজিন ওইবনীদো। লীলাসিগী রসসিদো কোমলনা শকচন্নীদো জগৎতা তাওনবা লীলানীদো॥

খেলা সমাধান দুহু আনন্দ বসিল। সখীগণ নীজ (২) সেবন করিল। ঈঙ্গিত জানিয়া সখী চলিল বাহিরে। সুখে বিলাসই দুহু কুঞ্জের ভিতরে॥

( মায়না শককদবা )

শামরস্থা লীলা লোইরে আসন্দা লেওশিন্নে। সখীশিংস্থ মুংঙাইজরে অনীগী থোগন্নে। ঈঙ্গিৎতো পুক্লীংদা থওলে মহৈ (২) চৎলে। অনীমক্লা শামরক্লে প্রেম্বু প্রেম্না পুন্নে॥

( দোল লীলাস্থ শকখিগদবনী )

( অচুদগী মথা অমা )

( মধু পান )

প্রাণনাথ করে ধরি প্রাণেশ্বরী লামিন্দা· দোলনা· হইক্লে।

সখীগণ সহ অসিয়া বসিয়া মাধবের মাণ্ডপেতে। আমি ব্যজন লইয়া করে হাহা প্রাণেশ্বরী রাধে। মন্দ (২) করি বাতাস করিবা সবশ্রম যাবে দুরে। তখন শ্রীবৃন্দা সচক ভরিয়া সম্মুখে দিবেন মধু। মাধবের সঙ্গে মধুপান করে সোভা হবে মুখ বিধু। হাসি খল (২) অরুন নয়ান হইতে খলিতে বানী। হা হা কি একি ঘু ঘু ঘুরিসে আ আ কাহা ধ ধ ধরনী। ধা ধ, ধাবতী ভ ভ ভয়ে বি বি বিঙ্ক ব ব বল্লী। আ আমি ভিভিরু কে কে মন ক ক লী বা বা বাচি ল লালভালী। এত কহি নাগর কণ্ঠে ধরি কাতর হইবে যবে। সে সোভা মাধুরী হেরী কৃষ্ণদাস বিভর হইবে তবে। শু শু শুন মা মা মাধব মা মা মা থা থা ঘু ঘু ঘুরিসে প প প পয়ল নিরে। দি দি দিগ বিদিগ না না নাহি জানে উ উ উ উলত ভেল ঘোরে। এত কহি নাগর কঠে ধরি রাই বদন কোমল শ্যাম ভ্রমর মধুপান ॥

( মান্নবা শককদবা )

( মধু পান )

প্রাণনাথ শ্যাম্না খুজেং পায়রছুনা দোল্দগী কুমথরক্লেনা। সখী পুম্নমকা লোয়ননা কৃষ্ণনা মাধবকী মাণ্ডবতা লাক্লেনা। শ্যাম্না হমাইদো পায়রেদে। ভপ্পা রাধিকাদা হুম্বিরীনা। হুয়্রী ভপ্পা (২) ঈংনবা হায়রুনা মৈশা পুম্বা চৎগ্রে লাপ্পা। মতমতুগা চানা হৈশিংবী বৃন্দানা নিংথিবা মধু কচ্চেনা। পিথোক্লেদো শ্যাজা মধু নিংথিনা কোক্তো ভাউবা হৌরক্লেনা। নোক্লে থাক্লা (২)

য়েংলে মীৎসু ঙাংনা ঙাউরক্কে মধুগী ময়াইনা। হা হা করিনো ক ক করয়ো ঐ ঐ ঐদি খাঙবা ঙ ঙমদ্রেনা। মী মী মী মীৎসে উ উ উদ্রেনা ঐ ঐ ঐদি কি কি কিয়েনা। ল ল ল ললিতা বি বি বিশাখা লা লা লাও হায়না কৌইনা। মতৌ অসুম মধুপানগী ময়াইদুনা মবুংঙোদা কোঞরেনা। নিংথিজৈদা মাইথোং তমজৈ পুর্ণিমানা মবুংঙোদা ঙাথজৈনা। ই ই ইবুংঙো মা মা মাধব ঐ ঐ ঐগী কোক ঙা ঙা ঙাউরেনা খা খা খা খাঙঙমদরেনা। মা মা মা মা মাইকৈ পু পু পুম্নমক খ খ খ খঙখিদরেনা। মতৌ অসুম লীলা শান্নে অনীমক্না কোমল ননাইনা শকচৈ পেন্না॥

ইঙ্গিত জানিয়া সখী চলিল বাহিরে। সুখে বিলাসই দুহু কুঞ্জের ভিতরে॥

( মান্নরা শককদবা )

ঈঙ্গিৎতো পুক্নীংদা খঙলে মহে (২) চৎলে। অনীমক্না শামক্কে প্রেম্বু প্রেম্না পুন্নে॥

রাধা মাধব দুহু মেলী আন পথে গেল নব মেঘ বিজুরী সঞ্চার॥

( মান্নরা শককদবা )

রাধা শ্যাম অনীমক্না শান্নে ঙকপা প্রেম্না ওইনৈ ঈঙ্গিৎ খঙবী সখীনা চৎনৈ॥

( সম্ভোগ )

রাধা ললিত বিলাসং। (৫)। অধিরভী শয়নে মদনে মৃদু

হাস্যং। চান্দবদনী ধ্বনী রাধা। রতী রন জনিতা স্ব ধনী রাধা। হরি ভূজ গলিত মধুর মৃদু লজ্জা তদমুল সুখ শশী বিলাসতি পজ্জা। হস কৃত দংসিত ঘন পরিরম্ভা খর নখরাঙ্কুশ্চ ধৃত কুচ্চ কুম্ভা। কঙ্কন কিঙ্কিনী ঝঙ্কৃত রুচির পরিমল মিলীত মধুবর্ত্ত নিকর বল্লভ রসিক কলারস সারং সকলি কৃত নীজ মধুরিমু ভারং॥

( মান্নলা শককদবা )

রাধা কৃষ্ণনা শান্নৈনা। (৫)। অনীমক্লা অমা ওই কুঞ্জদা রতী প্রেম্না। শান্নৈ রাহোংগা লিনগা পুন্না। নোংশা মকা শাম্নরী শজীগা পুন্না। পুক্লাং হকচাং তিম্নলা শাম্নরী রাধা শ্যাম্না প্রেমগী ঈথক ঈপোমদুদা ভাউরী অনীমক্লা। মীংকা (২) চাননা প্রেমগী পলেপ ওইনা পুক্লাং হকচাং তিম্ননা শেমলে নোংদম্বনা। অনীনা অমনে প্রেমতগী পাম্বীনে নীংবা মহৈ রাঞ্জরে মুমীৎ থাগুম ঙালিরে শকচরী রসসিবু কোমল ননাইনা অনীমকী লীলাবু পুক্লীংতনা পামনা॥

( সম্ভোগ )

আনছলে আন পথে গমন করল দুহু। সখীগণ বৈঠল কুঞ্জে। সরস রসাল নৌতুন নব মঞ্জরী (এ) বিকসিত ফল ফুল পুঞ্জে রাই কানু দুহুজন মিলন ভেল। রস ময় রসিক রমনীসমে লাগল (এ) বহু বিধ কৌতুক কেল। মদন মহোদধি নিমগণ দুহুজন। ভুজে (২) বান্ধল ছান্দ। তরুন তমালে কনক লতাবলী (এ) নবজল ধর কিয়ে ঝাপল চান্দ। দৃঢ়পরি রম্ভন নিমগণ

ছুহ কমল। যাম বিন্দু মুখ সুন্দর জ্যতি। ললিত রাধা ললিত শ্যাম। গোবিন্দ দাস পহু রতীজয় পণ্ডিত নবজল ধর যহু বিথারল যোতি॥

( মান্নবা শককদবা )

কুঞ্জদগী চৎনজরে লৈকোল খুদিং চংনজরে। সখীশিংনা হরাউজরে। কুঞ্জস্থ ফজরে অনীস্থ কয়া ফজরে (এ) হৈপাল লৈপাল উরীতনা কোয়রে (এ)। রাই কাহ্নু অনীমক্কা অমত্তা ওইরে। রসতনা থৌগলে অনীনা লীলা ওইবীরে (এ) প্রেমগী ঈথক ঈপোমদা তাউরে (এ)। প্রেমা পাম্বী ওইরদুনা হৌরে। নোরবা তোমান্দা উরীনা য়েৎপগুম্লে (এ) ফুইনা হৌবা নোংদা নোংথাং কুপ্পগুম ঙালে (এ)। বাহোংশিংগা লিনশিংগা লোয়ন-দুনা শান্নরীরে। ঙক্লে নোংশা শজী চান্ননা উইরে। ফজবা হেল্লে অঙকপা হেল্লে। তোল্লবা কোমলনা রসসিবু শকচরীরে (এ) অনীমকী লীলাসিবু পামজনা শোঙ্কেরে॥

( সম্ভোগ )

আধ (২) অঙ্গে মিলন কানু। আধ অঙ্গে সোভে চন্দন আধশিরে ভানু। আধ নীল আধ পীত আধ পাণ্ড ফনী। আধ গলে মুকুটার আধগলে মণি আধ অঙ্গে হেলা হেলী কেয়া কেয়ী বাহু। গোবিন্দদাস বোলে চান্দ গোরাছিল রাহু॥

( মান্নবা শককদবা )

অনীমক্কা অমা ওইদুনা শান্নরীরে। কুঞ্জসিদা নোংশা

শজীনা ওক্সা চাম্নরীয়ে। প্রেম্না পুল্লে প্রেমদা লুপ্লে প্রেমগী ঈথক হৌনরীয়ে। নোংদা নোংথাং ভানবগুম্না পুক্লীং তিন্নরীয়ে। সুমীৎ থাগুম জীবশিংগী লম্বী ওইবিরীয়ে। ভোল্লবা কোমলনা সসিবু শকচরীয়ে॥

## ( সম্ভোগ মেন )

নাগর নাগরী দুহু কেলী বিলাসরে। কেলী বিলাস (২) রাধা মাধব কেলী বিলাস। হেরইতে মন মথ লাগল তরাস রাধা মাধব বিলাসরে। উনমত মনোরথ গেল সব লাজ নোপুর কিঙ্কিনী কঙ্কন বাজরে। শ্যাম তমাল তরু পরিভি মিলীত নীল তনু কাঞ্চন বলি। নাগর রসিক ভ্রমরা সুখে বিতরল বিকসিত অলি মাতলি। বিনোদিনী চুম্বই নাহ বয়ান মদন মহোদধি ভরী পাচঁ বায়রে। বিলসই মাধব মাধবী সাথে অখণ্ড পিয়ুস রস না পুরই বাদরে। শ্রমজলে পুরল দুহুজন গায় বিজন বিজই শেখর রায়রে॥

## ( মান্নরা শককদবা )

নাগর নাগরী অনী শান্নৈ কুঞ্জসিদা। শান্নরীয়ে (২) রাধা কৃষ্ণনা প্রেমগী ঈয়াইদা। কামগী প্রেমদি রতীনিনা রতীগী ঈশ্বর কান্না ইকাইবা লীলানিদো। নোপুরনা নোপুরদা কৌস্তুভনা লিক্লাংদা বেনীনা চূড়াদা ওকপদো হেল্লিদো। নৌরবা তোমানসিদা ওসিসে য়েংওনে সনামকী লৈহাল শাৎলীদো। ফুগাইনা শাৎলবা লৈকাদা খোইমুনা ওংলিদো নীংজবদো থুংনা চুপ্লীদো। শরৎ থাগী পুর্ণিমা

ওনজবী মাইথোংদা কুঞ্জগী মনুংসিদা রাহসিনা কংজেদো। রাহোং জগোই শারীদো। লিন ময়াম শামৈদো নোংশাগা শজীগা ওগি ওকপা কংনা চায়েদো। লীলা মপুং কাবদা ঈংলে অনীসিদো কোমল ননাইনা ভক্তনা শোজেদো॥

## ( সম্ভোগ )

নির্জ্জন নিকুঞ্জবনে শ্যাম গৌরী সুখে বিলাসইরে। সহচরী সুচাতুরী কুঞ্জের বাহির হইরে। দুহু কেলী ভুজে (২) দৃঢ় আলিঙ্গয়ে। দুহুক বদন দুহু সঘন চুম্বইয়ে। তরুন তমালে কিবা কনক বেঢ়য়ে। সুমেরু শিখরে কিবা জলদঝাপইয়ে। ভ্রমরা কুসুম মধু রসপিবয়ে। রসপিরইতে মত্তরাররে। দুরে রহি নরোত্তম দাস নিরখইরে॥

## ( মান্নবা শককদবা )

চিক্লবা নিকুঞ্জবন্দা রাধা শ্যাম্মা পুক্নীং পেন্না শান্নৈয়ে। কুঞ্জ রাংমা চংনরীয়ে সখীশী পুক্নীং পেজেয়ে। অনীমক্লা অমা ওইয়ে প্রেমদা তাওনরীয়ে। শমং থাগী পুর্ণিমাবু রাহু মানা কংজেয়ে। তোমালসিস্থ নোজরীয়ে উরীপ্ত য়েৎলীয়ে। মংলিবা নোংসিস্থ ফুইয়ে নোংথাংনস্থ ভাল্লীয়ে। খোইমু নীংবা থুংজরীয়ে পেন্না চুপচরীয়ে। লৈকী চুপচরীয়ে ময়াই কারীয়ে। কোমলনা পেজরীয়ে পামজবনা শোজেয়ে॥

## ( সম্ভোগ )

কুঞ্জে কুসুম সেজ প্যার প্যারী। নবরস লহরী উঠত মাধুরী।

ভুজে (২) বান্ধল তনু (২) মিলন। তমাল বেড়ল যসু কনক লতাবলী। রাধা মাধব প্রেম যেন জম্বুনদ হেম। পূরল মনোরথ বৈঠল দুহু জন। দূরে রহি যদুনাথ চামরে ঢুলায়ে॥

( মায়না শককদবা )

কুঞ্জদা শামৈ পূন্না রাধা শ্যাম্না। ঈচেল ওইরী রসতনা হৌনরী প্রেম্না ফুইনা। পুক্নীং হকচাং তিন্ননা শামৈ পুক্নীং পেন্না। নিংথিজবা তোমালসিদা উরীনা য়েংপগুন্না। লুপ্লী প্রেমগী ঈয়াই-দুদা রাধা কৃষ্ণ অনীনা। নীংনবা থু লতুন, আসন্দা লেঙশিল্লেনা। লাপ্না লৈনা কোমলনা শকচৈ পুক্নীং পেন্না॥

( সম্ভোগ )

দুহু মুখ সুন্দর কিদিব তুলনা। দুহু মুখ সুন্দর। কাহ্নু সপরসমণি রাই কাচ্চা সোনার নব গৌরচনা গৌরী কাহ্নু ইন্দিবর। বিনোদিনী বিজুরী বিনোদজলধর। কনকেরী লতা যেন তমাল বেড়ল। ভুজে (২) বান্ধল দৃঢ়পড়ি রস্তন রাধা মাধব॥

( মায়না শককদবা )

রাধা শ্যাম্না কুঞ্জদা মুংঙাইনা শামৈদো (ও)। প্রেমদা তাউনৈদো (ও)। শ্যাম্না সপরসমণি রাধানা সনা ওইরী ফুইনা হৌবা নোংদা নোংথাংনা ঙানবদো। প্রেমগী ঈথক ঈপোমদা অনীমক লুপচৈদো। য়েংশিবনী উরীসিনা তোমান্দা নিংথিনা। পুক্নীং হকচাং পুন্ননা রাথল অনী তিন্ননা রাধা কৃষ্ণনা॥

## ( প্রেম কেলী )

মতাং অসিদা রূপ লাবনী। দেখসখী দশকোশ। রৈবা রাই

ক্ষনে দৃঢ় অলিঙ্গন ক্ষনে হিয়া রাখ ক্ষনে (২) চুম্বয়ে বদন রাধা মাধব। ক্ষনে অধর সিন্ধু অম্লয়ে মুখ ইন্দু হেন কেবা আছে ত্রিভুবন রাধা মাধব। নয়নে (১) দুহু বিলখয়ে প্রেম অশ্রু বরিখয়ে॥

## ( মান্নমা শককদবা )

প্রেমদো হৌরে ভাইহাক্তং খঙবা ভমদে খিক্তং লোমা (২) য়েংজৈ খজিক্তং মীকুপ অমুক্তং। প্রেম ঈপোমদো হৌরে প্রেমতনা পংথৈ ওইরে খিৎতংদস্ন খাকচদরে থরাই হকচাং কৎথোকচরে। রাথনস্ন পেম্নরে প্রেমস্ন নৌহৌনরে। জীবশিংগী লম্বী ওইরে॥

## ( প্রেম কেলী )

রাধা মাধব নব (২) প্রেম ক করু অনুভব নব (২) প্রেম। দুহুক নৌতুন পিরিতি আরতি তাহার নিশুনী লইয়া মরিয়া যাই। এসখী (২) আজুক কাম কামকি কামকিয়ে সমাগম মাজ। নবীন প্রেম কেও জানেনাই। জানে রাধা নবীন কিশোরী॥

কা কৃষ্ণস্য প্রনয়জনেভু শ্রীমতি রাধিকৈকা কাস্য প্রিয়স্য রূপমগুণা রাধিকৈকা নচান্যা। যৈস্নাং কেশে দৃশিতরলতা নিষ্টুরস্তং কুচস্যা বাঙ্খা পূর্ত্তৌ প্রভবত হয়ে রাধিকৈকা নচান্য॥

দ্বৌকলা রসকলা প্রবি দঙ্গৌ দ্বৌপুর প্রনয় কৌশল মুঙ্গৌ দ্বৌ সুমঙ্গল গুণাবলী নঙ্গৌ দ্বৌ পরসপর মনোরথ সিদ্ধৌ॥

জয়রে রাধা মাধব প্রেম নব (২) মাধরীতু রঙ্গ। নিতি নব নৌতুন রন্তী রসে নিপুন। বিরাজে নাগর সঙ্গে নবীন কিশোরী। বৃক্ষ ডালে শুক শারী জয় (২) রাধা কৃষ্ণ বোলি। কুসুমিত কুঞ্জে অলি কুল গঞ্জে মলয় সমিরে বহত সুধিরে। মলয় শিখর চারী পঙ্ক জাম দবারী ব্রততী নট কুমারী লাস্য শিক্ষা ধিকারী বহতি জল বিহারী বায়ু রায়া সদারী ইতি বর সর নারী স্বেদ জ্বালা বহারী॥

( মান্নবা শককদবা )

রাধা মাধব অনীমক্কী প্রেম য়েংবদা থম্মোই অসে ঙাউ-কল্লিগব'। সুমীৎনী লায়সিরা থানিম্মী হায়সিরা সুমীৎ থা অনীবু ঙমজনা ঙাল্লিবা। য়েংনসি হায়নমি চাংদম্নসি তাঙদগী তাঙলবনী য়েংসি থম্মোই পেম্নবা। অনীগী প্রেম লীলা য়াউজবা। অনীগী প্রেম মীৎসিনা উজবা। মপোক মচৈ য়াম্লেগব। কবি পুন্য ভৌজরকপনানো ফংজবা প্রেমগী সেবা। কাম্ব শুদ্ধাৎপা অনীগী মাইথোং মীৎসি পেম্না য়েংজবা। মপোক কয়া পোকপ তারবনু ফংজগেকো থৌগনবা। কুঞ্জ খুদিং শামবা লীলা ফংজগেকো য়াউজব॥

নৌরবা অনীমক্কী মাইথোং থানী নৌরবা অনীগী তাঙলবা প্রেম্মী নৌরবা কাউঙমদবা রাধা শ্যাম্মী নৌরবা নীংগদবা অনীসিনী॥

ওক্লে ৰাধা কৃষ্ণগী প্ৰেম কৰিগনো চাংদমগদবা। অমনসু হেন্দবা অমনসু ৱাংতবা। শ্ৰীৰাধা কৃষ্ণনা পুন্না কুঞ্জদা ওাল্লিবা। কুঞ্জবন্দা ওানবা উৱে পুক্নীংহুবা কজ খিবিক তিনবা হৰাউ তুজুংলিবা॥

মলয়া সুংশিৎনা হুম্নী চৰণ থম্বাল থোৌগল্লী ব্ৰজগী জগোই হৈবিনী লেমজবগী তম্ফম্নী ৰাসগী মপু ওইবিনী বন্দা যুম্ফম ওইবিনী জীব পুম্বগী চংফম্নী থম্বান্না তমজবা চৰণনী॥

## ( প্ৰেম কেলী )

ললিতাদি সব সখীৰে ভাষে সুখ নিধিৰে। যে আসিল নীজ (২) মনোৰথ সিদ্ধিৰে। সখী প্ৰেম প্ৰেমেৰ বালা লয়া মৰিয়া যাই। সখী প্ৰেম (২)। (৩)। কি কহব সখী প্ৰেম যেন জম্বুনদ হেম। নবীন প্ৰেম বাঢ়াইতে তপ্নী প্ৰেমেৰ মযাই॥

## ( মান্ননা শককদবা )

ললিতা নচিংবী সখীনা তাউৰে প্ৰেমগী ঈপোমদা। ৱাউজ-ৰিবী সখীশিংনা নীংবা পুম্বা থুংজৈদা। য়েংওুনে প্ৰেমগী মণ্ডপ অওকপনীদা। য়েংওুনে (২)। (৩)। প্ৰেমগী মণ্ডপ কল্লিদা যাব চন্দন গুম্মীদা। অনীগী প্ৰেম হায়ওমদেদা মীকুপ থুদিং হেল্লিদা॥

## ( প্ৰেম কেলী )

জয় ৰাধা মাধব কেলী বিলাস (২)। নিতি নব নৌতুন প্ৰেম পৰকাস। ধন্য কেলী নিকুঞ্জ কানন ধন্য (২) স্ব সখীগণ

ধন্য শারী শুক মধুর বোলে মধুর কোকিল কুহু (২) রবে। স্ববয়ন্তি স্তব মালা কির শারীস্থ লীলা শ্রুতি পরিমল পূর্ণা। মাধুরী ধুরী ধান্না প্রমুদিত রস প্রেম্না গুণ বৃন্দস্থ ধান্না জয়তি (২) রাধা মাধব কৃত সুদ্ধা॥

( মান্ননা শককদবা )

জয় ওইরী শ্রীরাধা কৃষ্ণনা লেপ্পা। নিতি খুদিং নৌইনা প্রেমগী মূর্ত্তি ওইনা। লৈতেং ওইরী নিকুঞ্জবনগী লৈতেং ওইরী সখী পুন্নমক্কী মুমীৎ থাদো ওইরী চোংডা তেন্নবা কোকিল বাহোং জগোই শারী। ত'ভবদগী থোইনা তাঙবা শুকপা ফংলবা লীলা নৌবদগী থোইনা নৌবা প্রেমতগী লীলা ওইবা প্রেমরসতনা তিনবা গুণগী তুংনফম ওইবা লূবদগী থোইনা লূবা অনীমক্কা শান্নরীবা॥

( স্বাধীন রাগ নলিনী )

নাগর রাজ বিচলিত রাইক বেশ পুন করু সাজে। (২)। প্রীতি তনু নিরখি (২) প্রেম উছলিত হৃদি মাঝে। অঙ্গ পুলকিত নয়ন ঘনবারী তাহে নব রস ময় কুঞ্জবিহারী। সুশীতল কিরন শশী স্ব তনু পরাসি (২)॥

( মান্ননা শককদবা )

নাগরনা নিংথিজনা রাধাগী বেশ হন্না লৈতেংবীরে। (২)। লৈতেংবদো য়েংলগা কৃষ্ণনা প্রেম্না ঈহৌজরে মুংভাইজরে। পুক্নীং

পেঙ্গহনা রাধানা তুজুংজরে শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমরস নৌনা নৌহৌরে।
নৌজবদো উবদা শ্যামগী পুরীংদো হুথরে পেঙ্গরে॥

## ( স্বাধিন অস্বাবরী রাগ )

দেখ সখী (২) রাধা মাধব নেহ। নাগরী বেশ (২) বানাওত নাগর। (৪)। আপ্নী সাজে আপ্নী ভুলে। ভাবে অবস দুহুদেহ। দেখ সখী আনন্দ নির যতনে হরি বারত। কুঞ্চিত লোচনে হরিমুখ হেরইতে থর থরী কাপয়ে রাই॥

## ( মান্ননা শককদবা )

য়েংঙু ইতা (২) রাধা মাধব অনীনা ঙাল্লী। নাগর শ্যাম্না (২) শারী রাধাদা শেৎলী। (৪)। নিংথিনা শেম্নে য়েংবদা পেল্লে। সুমীৎ থা গুম্না (৩) পুমঙান ঙাল্লে। য়েংঙু ইতা অনীমক্কী মাইথোংসে ফজবা হেল্লী। শ্রীচরণ থঙ্গান্দা লাইবকথিবী রাধা ঐগী থবাই হকচাং কচ্চবনী॥

## ( স্বাধিন বেনাকলী রাগ )

হরি মাধব বানাই সব অঙ্গ বেশ বানাওত সব বেশ। হরি নীজ করহি নীল বসন পৈঢ়াই বান্ধল পুন চিকুর কেশ। নয়ন উপরে রঞ্জিত কাজরে হেরইতে স্থির নাহি চিত্তেগো। চন্দন কুঙ্কুম যরি গৌরোচনা কষ্টুরী লেপী রাই সর্ব্বাঙ্গে ব্যাপিত। কর কিশলয় যোগে সাজে রাই স্তন যুগে দুহুক হৃদয়ে প্রেম জাগীগো। চরণে নোপুর দেই পদ যাবক মেতই পুন যাবক কাহ্নু লাগী।

চাট্টক নয়ন কাহ্নু চন্দ্র কান্তি রাই তনু হেরিয়া আনন্দ মন কালাগো। পূরল মনোরথ দুহুজন বৈঠই হেম চন্দ্রতহি মন মেলা॥

( মান্নরা শককদবা )

শমগী শমজীদা শমজীরৈ শারী সিন্দুরদো শ্যাম্না শেৎলী শেমলী হয়া। নাপদা নাইমা হাইরী মীৎতা কাজমা নিংথিরী নাতোন্দা মাসিকানা লংনা। ওক্তা লিক্লাং পরেং খুৎতা খুদোপ পরেং নোংথাংগুম্না লংনা ওকপা ফংনা হয়া শেম্নীনা (অ)। কস্তুরী কুঙ্কুমদো অঙ্গে যাব চন্দন গৌরচোন্দো শ্যাম্না রাধিকাদা লৈতেং-বীনা। তৌওমদবা শ্যাম্না নীংওমদবা ভাবনা রাধিকাদা পেপ্পনা প্রেমতগী খুদম পিবীনা (আ)। নোপূরদো পুনবিরীনা তৈবী যাবক্তো ফজনা য়েংলে কৃষ্ণনা থম্মোই পেন্না। খৌরাংগি থম্মোইনা তথকই মীৎয়েংনা নাগরনা য়েংবদা পেঙ্গেনা খৌরাংবা হেঙ্গেনা (আ)। নীংবদো থুংলদুনা আসন থক্তা লেঙশিল্লেনা ননাই কোম-লনা পেঞ্জরেনা॥

( স্বাধিন পহিড়া রাগ )

দুহু কেলী অবসানে বানাওল বেশ। শ্রীরূপ মঞ্জরী আদি নর্ম্ম সখীগণ। প্রেমানন্দে দুহাকার করয়ে সেবন॥

( মান্নরা শককদবা )

প্রেমগী লীলা লোইরদুনা হয়া লৈতেংজরে। শ্রীরূপ মঞ্জরী সখি চাবয় থৌগঞ্জরে। সখীশিংনা প্রেমগী সেবা ফংজরে পেঞ্জরে॥

( স্বাধিন )

অগ্রে ঋতু সাঙ্গ বিভুষনান্বিত কর্ত্তুং প্রবিত্তং প্রনয়া নিবান্বিত। সমুছলা বিভ্রৎ ময়া তথপ্যাম বিভুষয়া স্নাশাভয়া স্বভুষিভা ॥

( মান্নরা শককদবা )

লীলা শান্নরম্বা পোথানখরেদো হয়া কজনা অনীনা লৈতেং-জৈদো। লীলাহুদা রানখিবা অনী অদো হজিন্দুনা লৈতেংলগা য়েংনজৈদো ॥

( স্বাধিন )

প্রাণ মাধব (২) বেশ বানাই দেয়। প্রতি তনু মোর সব বেশ কর পুন (২) নাগর রায়। প্রাণের মাধব বেশ সাজাই-দেয় (২)। প্রাণের মাধব প্রাণের ভল্লব আপ্নী বেশ সাজাইদেয় (২)। আনন্দ আবেশ রাধা কহে গোবিন্দেরে। আপনার বেশ করিবার তরে। ভালহি দেয়ত পুন চন্দন বিন্দু। শিথেহি সিন্দুর বিন্দু। ওলায়া অলকা কুল বান্ধল বেণী। কবরী। সাজাই দেয় কুণ্ডল মেরী ॥

( মান্নরা শককদবা )

হে ইবুংঙো (২) লৈতেংবীয়্ অমুক হয়া। ননাই ঐদি হৈজদ-বনিনা লৈতেংবীয় অমুক হয়া। হে ইবুংঙো লৈতেংবীয় হয়া (২)। হে ইবুংঙো 'হে মাধব ননাই ঐদি করিস্থ হৈজদেনা (২)। নৌজবা রাহৈসে মবুংঙোদা হায়জৈ রাধানা। মুংশিরবা রাঙাংভনা হায়জৈ শ্যামদা ভোয়না। মুংশিবা চন্দন্দো লৈতেংবদো হয়া। লোরম্বা

বেণী অদো শেম্নী শ্যাম্না হম্না। ফজনা শারীদো শেম্নী শ্যাম্না হম্না। ভোল্লবা কোমলনা শকচরী পেম্নো॥

সখীর লজ্জাতে বাহির যাইতে রাই শঙ্কা অতি শয়ে। (২)। হেন রাধিকারে করি বলৎকারে ধরি কৃষ্ণ বাহির আয়ে। সখী ত্রপা কণ্ঠিতা নির্গমেশা চৌরি মেব ন্যায়চিন্তা গৃহিত্বা করে বলৎ ফুল বিলোচনে শৌ কুঞ্জা লয়া প্রাঙ্গনা মাশ স্বাদ। ন্যায়চিন্তা চৌরি যেন নিয়ে ধরি কুঞ্জালয়া হইতে তার প্রাঙ্গনেতে ধরি কৃষ্ণ বাহির আয়ে॥

শুক কহে শারী রাই বলৎকারী জয়রে নবীন কিশোরী। শারী কহে শুক এ রিতি কাম জয়রে কুঞ্জ বিহারী। যার লাগী ধাই রমনী সাজাই নীজ গৃহে পরিহরী। গোপী চিত্ত হারী চিত্তহারী তাই বৈদগন্ধি সুনাগর॥

( মান্ননা শককদবা )

সখীবু ইকায়জৈ পুক্লীংদ। পেম্নজে থনবদা খোইরাংজৈ। থনবদা খোইরাংনজে। চিংনা (২) য়েংজৈ শ্যাম্না কম্না চিংজৈ রাধিকানা খাঙভুনা লৈজৈ। সখীশিংগী মমাংদনা ইকায়জৈ পুক্লীং-দনা খোইদোক্লস্থ পেম্নজৈ রাধিকাগী খুজেং পায়না শ্যাম্না চিংজৈ কুঞ্জভুগী মাংমদা চৎকে নীংজৈ। ওইনবগুম লৈজৈ শ্যাম্না কম্না চিংজৈ খাঙজবগুম লৈজৈ চিংবভুনা ভমজৈ থম্মোইদদি পেনবা হেজৈ।

শুকনা হায়য়ে শারী অনীসে কনানা হেল্লী রাধাদগী

ঐগী শ্যাম্না হেল্লী। শারীনা হায়রে শুক ভকপনা থল্লী শ্যাম-দগী রাধিকানা হেল্লী। নবুংভোগী থরাই ঐগী ইবেম্মনী য়েংঙ্নে রাধিকানা হেল্লী। গোপীশিংগী থরাই শ্রীরাধিকামক্লী রাধিকাগী থরাই শ্যাম্নী॥

( জলকেলী গৌরচন্দ্র )

( রাগ মাউরী করুনা সিন্ধু হায়বা ঈশৈ অতুগা মান্নবা শক্কদবা )।

আরে মোর গৌরকিশোর। পূরুব প্রেম রস ভরে। করে ধরি করে যায় করে হাই (২)। কহে মৃদু গদ গদ ভাষ। ঘন বহে দির্ঘ নিস্বাস। পূরুব মুঙভরী গৌর কাপয়ে থর থর। সেজল কেলী প্রিয়াগণ মেলী। সুধবনী তীরে বিহারই॥

( মান্নবা শককদবা )

ঐগী গৌরাঙ্গনা শান্নরী। মমাংঙৈগী লীলাদো নীংশিং-জরী। ভক্তশিংবু উবদা থম্মোই পেঞ্জরী। ব্রজ গোপী ওইনা উজরী। ব্রজ প্রেমদা গৌরনা ভাউজরী। গদাধর উবদা রাধানী থঞ্জরী। গঙ্গাদা কুমথজরী জলকেলী শান্নজরী। কোমলনা রসসিবু চুপচরী॥

(রাগ তুরী)

জলকেলী গৌরাচান্দ মনেতে পড়িল। সঙ্গে পারিষদ গৌরা জলেতে লামিল। (২)। কার অঙ্গে কেহু (২) জলফেলী মারে। গৌরাঙ্গ ফেলিয়া জল মারেগদাধরে। জল ক্রিড়া করে গৌরা হরসিত মনে। হুলা হুলি বোলা বোলি করে জনে (২)। গৌরাঙ্গ

চান্দের লীলা কহন না যায়। মনের হরিসে মনে বাসু ঘুষ গায়॥

( মান্নরা শককদবা )

গৌরাঙ্গনা নীংশিংলক্লে শান্নবা হোরক্লে। ভক্তশিংনা থৌগল-লক্লে ঈশিংদা কুম্নক্লে। (২)। ভক্তশিংদা য়েংজরক্লে ঈশিং চাই-শিল্লক্লে। গদাধর উজরক্লে হম্না (২) চাইশিল্লক্লে। জলকেলী শান্নরক্লে হরাউ তম্নাম্মক্লে। মহৈ (২) লাউনরক্লে থম্মোই পেন্ন-রক্লে। গৌরাঙ্গগী লীলা য়েংলে পোকপগী মহৈ য়াল্লে। কোমলনা শোঞ্জনীংলে রসগুণনা হেল্লে॥

( ভুষনা তাম্বা )

দেখ সখী (এ) পুন (২) নাহ জলকেলী (২)। শিকর নিকরহি ঘূমল মদন পর। সরবরিখয়ে দুহু মেলী। সকল কলা রস সায়র নায়র নায়রী মুখশশী চাহ। কেলী বিলাস সরম ঘরম যিত। কুণ্ডজল করু অবগাহ। সুক্ষম বসন তনু নির নিসিঞ্চনে বেক হবপ্রতি অঙ্গ। তড়ি নলিনী ডল ধনী কুচ্চ মণ্ডল। থরকিয়ে কনক আনঙ্গ। স্ব যব নখর শিখরে হরে কারল মনশিজ ভেল উদাস। তহি পুন ভুজ যুগ পাস পসারল। ভন যন শ্যামর দাস॥

( মান্নরা শককদবা )

য়েংঙু ইতা ঈশিংদা সুংডাইনা অনীনা শান্নেদো (২)। সুংশাগী মৈশাচুদা ঈংবা পেনবা মান্নজেদা। কম্না (২) ঈশিং

চাইনজৈদা। ঈশিংনা চাইনবদা তনিক্লা কজৈদা অনীগী পুক্লাং পেন্নজৈদা। মাইথোং থম্বান্দা ঈশিং পকপা উবদা। নোং-থাংগুম্না লংনা নিংথিজৈদা। অনীমক নৌহৌইদা প্রেমভনা পুন্নৈদা অঙকপা লীলাদো শান্নৈদা। নিংথিবা থাম্বানসিদা থন্নানা য়োমশিল্লিদা সনাদা মণিনা থাম্বনিদা। শরৎ থাগী পূর্ণিমাদা রাহুনা উম্বা মাল্লিদা থম্মোই অনী পেন্না শান্নরীদা। সখীশিংনা কোয়শিল্লিদা শ্যাম্বু মাইথিহল্লিদা কোমলগী থম্মোই পেঙ্গরীদা॥

নবরস ভরি রাধা মাধব জল পিচকারী। ধরি পিচকারী প্রিয়া মুখ মারী কৃষ্ণ মুখ মারী (২) মনোরথ পুরী। প্রিয়নর্ম্ম সহচরী পক্ষ (২) পাত। শ্রীগোবিন্দ জীয়ে তবে জয় শব্দ রূপ। কোই সখি দুহুজনে মনোরথ যায়। শ্রীরাধিকা জীয়ে তবে জয় (২) বোলে দুহু মুখ নিরখিয়া পুষ্পাঞ্জুলী দেল। তাহা দেখি বৃক্ষলতা পড়িছে পর অঙ্গ॥

( মান্ননা শককদবা )

প্রেম্না নৌহৌরক্লে রাধা কৃষ্ণনা ঈশিং চাইনরক্লে। পিচ-কারী মাল্লে রাধিকাদা চাইশিল্লে শ্যামদা অমুক চাইশিল্লক্লে থম্মোই-মুংদা পেল্লে। সখীশিংনা কোয়শিল্লক্লে মীচং থায়না লেপ্লে। শ্রীকৃষ্ণনা চেনগে থল্লে মাইথোং চেপ্না থাঙলে। সখীশিংনা থৌগল্লক্লে থম্মোইমুংদা পেল্লে। শ্রীরাধিকাজীনা ঙল্লে সখীশিংনা লাউরক্লে। মতৌ অস্রম শান্নরক্লে লীলা মপুং কাহল্লে।

লৈপানশিংনা পেঙ্করক্লে কেনবগুম্না থৌগল্লে॥

( জলকেলী )

পশ্যতি কাপি রাধা মাধব কৃত জলকেলী। (২)। পক্ষিগণ জয় ধ্বনী পক্ষ (২) শুক শারী (এ) (২)। সখীকুল মিলন কৃত রভ সাদবী দুরং স্ব দৃগঞ্চল বারিভি শিঞ্চয় অঞ্জুলী পুরং। নীজ (২) পানি রূদ্ধতি নয়নং কৃত হাস্যং সে কহিয়েছ ব্রজ মৃগী নয়নং জলবর্ষং। ক্ষনে নখ মাধব কুচ্চ পরি মর্দ্দন লোলং পদ্ম নাল ভষন তারন পরিভব কাল। প্রিয়গণ সুখ পরি হাস্য কৃত করতাল রসিক (এ) কবিকর্ম্পুর ভনিতা জয়তাল জয় জয় তাল॥

( মান্নরা শককদবা )

কুণ্ডদা ডসি রাধা কৃষ্ণসে মুংঙাইনা শান্নেসে। (২)। সখী-লক্তা গোবিন্দসে মতোম্মত লেপ্লীদোসে (এ) (২)। সখীশিংনা কৃষ্ণসে মাইথোং ভম্না চাইশিল্লিদোসে কৃষ্ণনা খুৎনা থল্লিসে নোক্তুনা ঙাকপনীদোসে। কম্না (২) চাইসে থম্মোইদা পেঙ্গেসে সখীশিংসে বাবনী শ্যামসে হল্লদুনা তান্নেসে চাইরীদোসে। অঙক-পগী প্রেয়সীসে ইনৌ অমুক নৌহৌইদোসে শাৎলিবা থম্বামী-দোসে থম্নানা য়োল্লীবনিদোসে। সখীশিংনা পুক্নীং পেন্নজেসে র রা নে'রুজেসে তোল্লবা (অ) ননাই কোমলগী থম্মোইসে পেঙ্গেদোসে পেম্না শোঙ্গেদোসে॥

( জলকেলী )

সোভে যেজী কুণ্ডেলামী করে জলকেলী। (২)। বরিয়ণ

বরিছন অঙ্গুলী (২) ফেলিয়ে। জল ফেলেরে। সখীগণ। যেমনশ্রাবন মাসের ধারা মত। বহু গোপী মণ্ডলে জলফেলে (নাগর) পরাভব পেলেরে। পালাইতে চাইরে। দুতিহাত বদন ঝেপে। নাগর চমকি (২) দিগ নেহারই।বরি কিয়ে অদভূত জলেচম্পা প্রফুলিত। শ্যাম• ভ্রমর মধু পিয়ে। প্রতিচম্পা ঘেরিয়ে (২)॥

( মান্নবা শককদবা )

শ্রীকুণ্ডদা কুমথরক্লী শায়্নে জলকেলী। (২)। মীচং মাইকৈ নাইনা লেপ্লা ঈশিং খুজোক থম্না চাইশিল্লী। ঈশিং চাইশিল্লী। সখীশিংনা। থরান নোংজুথাগুম ফুইহল্লী। গোপীশিংনা কোয়শিল্লী ঈশিং চাইশিল্লী। নাগর মাইখিববু ফংহল্লী। শ্যাম্না চেনসিরা খল্লী। মাইথোং থাদো খুৎনা খল্লী। নাগর তথক্লা (২) মাইকৈ য়েংঙক্লী। নিংথিজবা ঈশিংনী নৌনা থম্বাল শাৎলী। লৈকাথক্তা লৈহী চুপ্লী। লৈবী পাম্বা নাগর খোইমুনী॥

( জলকেলী )

রাই কান্থ জলকেলী সখীগণ মেলী। যিতি (২) বোলে রাই জলফেলে শ্যাম ললিত ত্রিভঙ্গ রহে। বদন পানে (২) জলফেলে শ্যাম রইতে নারে রাইকেচাহে। দুতি হাত বদন ঝেপে ( শ্যাম ) পালাইতে চাইরে। বহু গোপীকার মাঝরে একা নাগর রইতে নারে॥

( মান্নবা শককদবা )

প্রেম্না পাম্বী ওইহল্লী রস মহৈ য়াল্লী। সখীনা কোয়শিল্লী

শায়ে জলকেলী ( শ্যামগী ) মাইথোং তম্না চাইশিল্লক্নী। নোং-জুথাগুম ফুইনা চাইশিল্লী (শ্যাম) নাগরনা রানা থাওলী। মাইথোং থাদা ( কম্না ) খুৎনা থল্লী (শ্যা'ম্না) চেল্লসিন্না থঞ্জরক্লী। কোমল মনাইনা পেঞ্জবনী ( শকচ ) শোঞ্জবদা পামজবনী॥

( জলকেলী )

প্রিয়াগণ মেলী করে জলকেলী। জলফেলে ছলে হাসি (২) চুম্বয়ে বয়ান। নবজলদ বরণ রাই হেম কমল একিমিলে কিয়ে অভুত রূপ। যেন মেঘের কুলে বিজুরীখেলে॥

( মান্নলা শককদবা )

সখীশিংনা কোয়শিল্লী শায়ে জলকেলী। ঈশিং চাইগুম উনহল্লী নৌহৌরকপা প্রেমদো উৎলী। য়েংঙু সনাগী থম্বানসে অশংবা থম্বানা য়োম্লবনী নোংদম্বনা ওক্লবা শেম্নী। সখী পুম্ন-মক্না পেঞ্জবা হেল্লী॥

জলক্রিড়া বিহারে তু মুক্ত স্বাধিন বান্য ভোজনম। তাম্বুলের ব্যজন স্তত্র পাদ সম্বাহনা দিভি॥

( মান্নলা শককদবা )

শান্নরম্মী জলকেলী লেওথংলে নৌনা নৈতেংলী। উহৈ হান্নী থৌগঞ্জরী শ্রীচরণ সেবা তৌরী॥

উঠলহী তীরে পরলহী চিরে। ফল ফুল ভুঞ্জে দুহু আনন্দ বসি রহু॥

## ( মান্নরা শককদবা )

লেঙখৎলক্লে অনীমক্ল লৈতেংগুক্লে নৌনা। বনগী উহৈ হারে। আসন থক্তা লেঙশিনখঁরে॥

## ( স্বাধিন্দগী হুবা মুরুলী হরণ )

শ্রমজলে ভিজিগেল দুহুক শরির। তনুছয়ে লাগল পাতল চির। পূরল্ মনোরথ বেঠল তাই। বসন ধুলাওত বিনোদিনী রাই। রস ময় নাগর রসময়ি গোরী। দুহু মুখ হেরইতে দুহু ভেল ভরী। শুতল বিদগদ নাগর রাই। রতী রসে মগন ভয় নিন্দ যাই। সবসখীগণ মেলী বিনোদিনী রাই। কর ছয়ে মুরুলী যতনে চোরাই। পুন এক জাগী বৈঠল পীত বাস। জল সেবন কর গোবিন্দ দাস॥

## ( মান্নরা শককদবা )

হুমাং তাইদো নাম্থোকনৈদা শাম্নবা অনীদো। অঙ্গংবদো কংনৈদো অঙকপদো ওইনৈদো। প্রেম্নু প্রেম্না থঙনৈদো নৌনা লৈত্তেংনৈদো। আসোনথক্তা লেঙশিল্লেদো ওইরে সুমীৎ থাদো। প্রেমগী পান্থী ওইবনীদো রসতনা মহৈনীদো। অনীমক্তা ম্নেংনজৈদো প্রেমদো-নৌহৌজৈদো। রস তনা থল্লেদো চেপখরেদো শ্যামদো। নয়ন য়াউনা চেপ্লীদো নীংঙাইদবা শ্যামদো। সখীশিংনা থৌগল্লিদো শ্রীরাধিকাজীদো। যতন তৌনা হুরেদো শ্যামগী মুরুলীদো। লেঙখৎ-লক্লে শ্রীকৃষ্ণদো রাখন পুম্না কাঙরেদো। জল সেবা তৌজেদো কোমন্না পেজৈদো॥

( যুগল রূপগী হুবা মুরুলী হরণ )

রাই মুখ চুম্বদিতে কাহ্নু মত্ত হইল। কর হইতে মুরুলী খছিয়া পড়িল। কাঞ্চলীতে ধনীরাই বাঁশীক' থইল। প্রাণ নাথ মুখ হেরী কহিতে লাগীল। পরস্ত্রীকে চুম্বদিয়া কেনে পাপ নেহে। তোমার প্রিয়সী বাঁশী ডাকে চুম্ব দেহ। তবে কৃষ্ণ স্মৃতি হইল বাঁশীকা করিয়া। দ্বিজ বিশ্বনাথ কহে জ্বালা গেল হিয়া॥

( মায়না শককদবা )

শরৎকী পূর্ণমা ঙমজৈদো শ্রীরাধিকাগী মাইথোংদো। অমৃত কংবদা পেজৈদো প্রেমতা ময়ায়না ঙাউজৈদো। তাখরে খুৎতগী বাঁশীদো র'ধানা তুমীয়া উখিদো। খুজিল্লে তপুরা বাঁশীদো চেকশিন্না খঙদনা খমখিদে। ননাইদি শা'গৈগী মৌনীদো থোন-বীয়ু কৌবীয়ু ননাইদো। নীংশিংলে কৃষ্ণনা বাঁশীদো কনানা জৌবগে হংখিদো। অঙকপা নীলাবু ওইজৈদো কোমল ননাইনা পেজৈদো॥

করহি মুরুলী না দেখিয়া। মুরুলী না দেখিয়া শ্যাম নাগর আকুল হয়া। আথে বেষ্টে ঘন (২) চাই। চমকি (২) নাগর শ্যাম। কেনিলরে মুরুলী প্রিয় মোর তুহু সব সখীগণ চোর। কেকে নিলরে আমাই মুরুলী। কহে সোভে কে নিল মুরুলী কিবা লয়া করিবা খুরলী ওই নাগর। ছি ছি এমন কথা বোলনা। শুকান বাশের বাঁশী অয়া কি করিব। কেনে চুরি

